[illegible]

# অঙনবা পুন্নারীগী খোঙচত্তা নুপী মণ্ডা



ডাঃ নোংমাইথেম প্রমোদিনী দেবী

ꯑꯉꯅꯕ ꯄꯨꯕꯥꯔꯤꯒꯤ ꯈꯣꯡꯆꯠꯇꯥ ꯅꯨꯄꯤ ꯃꯉꯥ

# অঙনবা পুব্বারীগী খোঙচত্তা নুপী মঙা

ডাঃ নোংমাইথেম প্রমোদিনী দেবী

ꯑꯉꯟꯕ ꯄꯨꯔꯥꯔꯤꯒꯤ ꯈꯣꯡꯆꯠꯇꯥ ꯅꯨꯄꯤ ꯃꯉꯥ

# অঙনবা পুৰারীগী খোঙচত্তা নুপী মঙা




অথৌ — ডাঃ নোংমাইথেম প্ৰমোদিনী দেবী

অফোঙবা — শ্ৰীক্ষেত্ৰিময়ুম তোম্মৈ সিংহ
ফোব টাইমস পব্লিশিং হাউস

অহানবা খৎনম — আগষ্ট ১৩, ২০১০

কোপা মশীং — ৫০০/

মমল — লুপা ৯৫/

কোভৰ দিজাইন — ইনাওবোমেশ

নম্ফম: টাইমস ওফসেট প্ৰিন্টৰ্স, ককচীং।

# য়াওরিবশিং

# অইবগী ৱারোল

"অঙনবা পুৱারীগী খোঙচত্তা নুপী মঙা" হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি পান্থোইপী খোংকুন, নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা, থৌৱানথাবা হিরান অমসুং চায়নরোল পুয়াশিংদগী নুপী মঙাগী মবমদা লৌখৎচরগা নৈনবনী। মখোয় অদুদি পান্থোইবী, লাংমাই চনু পীতঙঙা লীকলু লৌথিবী, খুমন চনু চকপা ঙম্বী শম্ফাবী, মৈতৈ চনু চীংখৈ ললউনথানবী অমসুং মোইবাং চনু লৈমা নামুন খাম্বীনী। অখঙ অহে কয়ানা অরিবা মৈতৈ ময়েক্কগী বাঙ্গালা ময়েক্তা ইথোকপা পুয়া খর লৌখত্তুনা নৈনজরুবা মতমদা পুৱারীগা চৎন থানবা য়াদ্রবা মচাক কযা যাওরম্বা থেংনৈ। অয়াম্বা থৌদোক ৱাথোকশিং অদু তশেংনা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক্তা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎখিবগী খুদম ফংই। অসিগুম্বা পুৱারীগা শাগোন্নরবা পুয়াশিংদা অঙনবা মনিপুরগী মফম কযাদা খুন্দাদুনা লৈরম্বা মনীং মখা তম্বা খুৎকন পাঙ্গলবা কাঙলূপশিংগী লৈবাক ঙাক্লোনগী চৎন পথাপ, সমাজগী চৎনবোল, লাইনীং লাইশোন লৈজরম্মী হায়জর্বসি উৎলি। অসিগুম্বা চৎন পথাপ কয়াসিনা মরম ওইদুনা নুপীশিংনা নুপাশিংগা চাংদম্নবা ঙমদনা হস্থবা থাক্তা লৈরম্মী। নুপীশিংনা ফংফম থোকপা হকশিং লৈঙাক্লোন্দা অমদি অতৈ হীরম কয়াদা ফংলমদে। অসুম্না নুপানা মপু ওইবা মনিপুর সমাজদা নুপীশিংবু হন্থবা থাক্তা থম্বীবম্লবসু থৌনা লৌশিং চঙখোনবী নুপী কয়ানা মখোয়গী হক তানবগা লোয়ননা মান্নবা খুন্নাই অমগীদমক লেপ্পা লৈতনা হোৎনবগা লোয়ননা পুন্সি কত্থোক্লম্মী। অসুম্না লৈবাক মীয়ামগীদমক অমসুং নুপী খুন্নাইগীদমক থৌনা ফনা লেপখিবী নুপী কয়াবু লাইরেম্বীগী থাক্তা পুখত্তুনা সমাজদা অৱাংবা ফিদা পীরম্মী।

তুংগী মীরোল কয়ানা লৈমরেন শিদবী, ইমোইনু, পান্থোইবী ফৌওইবীনচিংবা লাইরেম্বী কয়াবু ঈরাৎ থৌনিবগী চৎনবী অমা লাকখি। মসিনা নুপীশিংসু নুপাশিংগা চপ মান্নবা হক ফংবগা লোয়ননা অৱাংবা ফিদা ফংলে হায়বদি যারোই। মরমদি নুপীশিংনা মনীং তম্না লৈঙাক সাসন্দা শরূক য়াবা

ঙম্লমদে। নুপীশিংনা নুপাশিংগী মখা পোনবী ওইদুনা লৈরকখিবগা লোয়নননা মীওৎ মীনৈগী চৈথেং কয়াসু ফংদুনা লাকখি। অসিগুম্বা ফীবম অসিদা থৌনা ফবী, অখাঙ কনবী, অমদি থোইদোক হেন্দোকপা গুন চেনবী নুপী মঙা অসিবু লৌখত্তুনা নৈনদুনা মাঙলমচৎকী নুপীশিং, হৌজিক মতমগী নুপীশিং অমসুং তুংদা লাক্কদবশিংগা তৎন থানবা য়াদ্রবা মরী অমা শেমগৎপা ঙম্মবগী পান্দমদা পুথোকচবা লাইবিক্কী।

অবিবা লোন্দা ইরম্বা লাইরিকশিং ওইবনা নৈনবদা খুদোং চাদবা কয়া মায়োক্নখি। বানানগী মতাংদা চাং মান্নদবা খর যাওবি। খুদম ওইনা হায়ববদা "থৌৱানথাবা" ইবা মতমদা লাইরিক্কী মমিংদগী লৌবগা ইজৈ। অদুবু লাইরিক মনুংদা ইরম্বগী মতুং ইন্না মতাং অমা লৌখত্তুনা খুদম পীবদা লাইরিক্তা ইবান্নিবা মওং অদু কায়হন্নীংদবদগী "থৱানথাবা" হায়না 'থ' দগী 'থৌ' লৌথোক্লগা ইজৈ। মদুগীদমক অপাবশিংনা ঙাকপিগনী। তশেংবদি পান্দম খরদা যুম্ফম ওইবগা লাইরিক অসি পুথোকচবনী। অহানবদা পুয়াশিংদা য়াওরিবা পুৱারীগী অশেংবা মচাকশিং অদু পুথোকপগা লোয়নননা সাহিত্য অমসুং পুৱারীগী লৈর্নাববা মবী অদু উৎপনী। অনীশুবদা তোঙান তোঙানবা কাঙলূপ ওইজরবসু মান্নবা চৎনবোল, লৈঙাক পথাপ লৈবগা লোয়নননা মৈতৈলোন্না কাঙলূপ পূম্নমক্কী ফাওনবা লোন ওইরম্বা মরম্না অপূনবা মনিপুর অমা শাগৎলক্লবগী মচাক ওইখিবনী হায়বসি ফোঙদোকপনী। অহুমশুবদা ইমু নাইমু তানবা পুৱারীগী ইচেলদা শেমগৎলকখিবা মনিপুরগী অপূনবা শক্তম্নী হায়বদু নীংশিংবগা লোয়নননা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবা মরা তপ্পা লমদম অমা শেমগৎপগী ইথিল পীবনী। মবিশুবদা অসোনবা কাঙলূপ্পু অকনবশিংনা তুহৎপিবা মীনা মীগী ঈ থকপগী পুৱাবী অদু লোইশিল্লগা অনৌবা পুৱারী অমা হৌজিক্কী মীরোন্না শেমগৎনবগী পাউজেল পীবনী। মঙাশুবদা অমনবা চৎনবীগী ফিজং মরুমদা নমশিন্দুনা থম্বীরম্বা অনম অহা চুরবা নুপীশিংনা মপান থোরক্তুনা হীরম খূদীংমক্তা মনীং তম্না য়াওদুনা মান্নবা হক অমসুং খুন্নাই অমগীদমক চোংথোক্লবগী থৌনা হাপ্পনী। অরোইবদা মনিপুরগী সাহিত্যগী পুক্কৈদা ৱাত্ত পাদনা লৈরিবা পোথোকশিংবু অমমমতা ওইনা লৌখৎলগা নৈনবগী ঈহৌ অমা শাগৎপনী।

নৈনজরিবা লাইরিক মরি অসিবু বাঙ্গালী ময়েক্তা ইথোকপিবম্বগা লোয়ননা খঙবদা লুববা অবিবা ব্রাহৈ ব্রাতা কয়া অনৌবা লোন্দা ইথোকপিবা ওজাশিং মিং ওইনা পনজরবদা মোইবাংথেম চন্দ্রসিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ অমসুং ময়াংলম্বম গৌবচন্দ্রগী মফমদা পুন্সিগী শিংবা ওম্লরোইদবা লমন তোনশিনজরবনী। লোয়ননা টাইমস ওফসেট প্রিন্টর্সকী মপু ঐগী ইপুবোইবা শ্রীক্ষেত্রিময়ুম তোম্মৈ সিংহ অমসুং মহাক্কী ষ্টাফশিংনা অহিং নুংথিল নাইদনা লাইবিক অসি নম্বগী থৌদাং লৌবিববগীদমক ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরী। মখুমগী মওং শেম্বীবা ইচানুপা ইচানুপা ক্ষেত্রি ইনাওবোমশপুসু থাগৎপা ফোঙদোক্লি।

ডাঃ নোংমাইথেম প্রমোদিনী দেবী
ককচীং,
তাং, আগষ্ট ১৩, ২০১০।

# অঙনবা মতমগী মনিপুরদা নুপী

অঙনবা মতমদা লৈবম্বা নুপীশিংগী থাক অসি হীবম কযাদগী নৈনবা যাই। মপুঙ ওইনা ইতিহাসকী থৌদোক বাথোক কযাদা যৃম্ফম ওইবগা শাগৎপা সাহিত্যগী ওইবা পোথোর্কশিংদা যাওবিবা মক ওইবা মচাকশিং অদু নৈনবগা খঙনবা ঙম্মী। মসিদসু নত্তনা হৌজিক ওইবিবা মনিপুরী সমাজগী মক ওইবা যেলহৌঙৈদগী খুন্দামিন্নদুনা লৈবক্লবা চীংগী তোঙান তোঙানবা ফুকপশিং অমদি মৈতৈশিংগী মপা মপুশিংগী লাইনীং লীচৎ, নাৎ কলচবনচিংবা কযাদা মমাঙঙৈদা ওইবম্বা নুপীশিংগী ফীবম মযেক শেংনা উৎলী। পূন্নমকসিগী মথক্তা লমদম অসিগী অমদি মাবেবাক্কী মাইচৌ কযানা থম্নীবম্বা লাইবীক কযাদা নুপাশিংগী মবমদা মমৎ তানা নৈনবি। সাহিত্যগী অমদি ইতিহাসকী পোথোর্কশিং অদু খুৎ থেক্তুনা শাংথাবা ঙম্বগী বাংমদা লৈবে হাযবা যাই। মনিপুবগী ইতিহাস নৈনবা মতমদা হেন্দোক্তুনা চৎপা যাদ্রবা "চৈথারোল কুম্বাবা" অমদি "নিংথৌরোল লম্বুবা" দসু নুপাশিংগা মবমদা লৌখত্তুনা নৈনবা যাবা মচাক কযা যাওবি। মনিপুবদা লৌববা মিথ অমসুং লিজেন্দবি দসু লাইবেম্বা লাইনুবাশিংগী মবমদা শৈথাবম্বা কযা আসনা নুপাশিংগী থাক নৈনবা মক ওইবা মচাক কযা ফংবা ঙম্মী। অসুম্ন তোঙান তোঙানবা হাবমশিংদগা ফংলবা মচাকশিং অসি লৌখত্তুনা নৈনবা মতমদা মনিপুবগী নুপীশিং আস নপাশিংদগী হন্তনা লৈবম্মী হাযবসি পুবাবীগী ককপা যাদ্রবা বাফম অমা ওইদুনা লৈবি। মফম অমসুং মতমগী মতুং ইন্না কাবগুম্বা মতাং খবদা নুপাশিংবু ইকাই খুম্নবা অমদি মখোযগাদমক অবাংবা ফিদা খাক্লম্লবসু নুপানা মপু ওইবা সমাজ অমদি ইমুংগী চৎনবোল অদুদগী নুপাশিংনা হেন্দোক্তুনা চৎপা ঙম্লমদে হাযবা যাই।

মবম অদুনা অঙনবা মতমগা মনিপুবদা লৈবম্বা নুপীশিংগী থাক অসি হাবম কযা থোক্লা নৈনবা যাই। লৈবাক ঙাক্লোনগী চৎন পথাপ্তা নুপীনা লৈঙাক মপু ওইবগা হক অদু লৈবমদে। লৈঙাক সাসন অমদি বাযেন থৌদাগী থবক্তা নুপা ওইবীশিংনা মনীং তম্না শব্দক যাবগী হক অমদি শক্তি পীবগী বাফম লৈবমদে। অদুবু কবিগুম্বা মতমদা অখন্নবা নুপী খবনা মাহ্নবা হক ফংনবগীদমক হেৎনখি

হায়বগী খুদমদি ফংই। খুদম ওইনা হায়রবদা চৈথারোল কুম্বাবগী মতুং ইন্না নোংদা লাইরেন পাখংবনা নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা মহাক্কী লৈমা লাইস্না, পোইরৈতোনগী মচন্না মাবুসু নুংথিল লাই ওইবগী থৌদা হায়বদি ৱায়েন থৌদাদা থৌদাং য়াহনবীয়ু হায়বগী ৱাকৎ লাকখি। মতাং অসিবু অসুম্না ইরি,

"....... নুংথিল নঙনা লাই ওইবদি কানগুম্বা মরুপ্পী লৈরমালে ঐস্যু লাই ওইরগে..." (চৈথারোল কুম্বাবা, লা: ১)। অদুবু লাইস্নাগী ৱাকৎ অদু তাবীখিদে। অসুম্না মতমদুগী নুপীশিংনা লৈঙাক সাসনদা হকথেংননা শরুক য়াবগী হক অদু পীরমদ্রবসু লৈঙাক্লোনগী লুরবা তানফম কয়াদা মায় লৈদুনা চেনবগী মহুত্তা অরৈবা পাঙ্গল লৌশিং পুথোক্তুনা মায়পুননা শরুক য়ারম্মী হায়বগী খুদম ফংই। পাখংবগা ময়াম্বা সনামহীগা কংলাগী ফম্বাল মুন্নবগা মরী লৈনবা মিথতা মমা লৈমরেল সিদবীনা মরু ওইনা থৌদাং লৈখিবগী বাফম লৈ। নোংদা লাইরেন পাখংববু কংলাগী ফম্বালদা কাহন্নবা হোৎনবদা লাইনুবাশিংনা মহাকপু যেক্লবশিংগী মখূত্তগী কন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবগী বাফম থিরেল লায়াৎ কৌবা পুযাদা য়াওরি। নুমিৎ কাপ্পা পুয়াগী মতুং ইন্না কংলাদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্বা নুমিৎ সনা খোমদোনগী মযাম্বা তাইহুইরেং অহনববু খ্বাই নোংচেংবম পিবা য়েকয়া হাওতংলানা তেন্না কাপথরবা মতুংদা নুমিৎ সনা খোমদোন ফম্বাল থাদোক্লম্লগা লোন্না চের্নখিদুনা মোইবাংদা লোত্তুনা লৈখি। নিংথৌ পান্দবা, কাংখোং চাইবগী অৱাবা নংলবা মীয়াম অমদি নিংথৌ পোংবা তবা য়াওনা অঙম অথৌ অখঙ অহৈ কয়ানা কুপ্না খন্নরবা মতুংদা মাইবী পূম্নমক্কী মকোক ওইবী নিংথৌগী মচানুপীগী মফমদা মপা নিংথৌ কৌরুনবগী থৌদা অদু শিন্নরম্মী। অসুম্না লৈবাক মীয়ামগী থৌদা অদু পুরদুনা নিংথৌগী মচা নুপীনা মপা ইবুংঙোগী মফমদা হায়জদুনা কংলাদা অমুক হন্না নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক মরা তপ্না ঈংনা পালহনবদা মরু ওইবা থৌদাং লৌখি। মতাং অসি লৌখৎচরি,

"খাপী লেংনাউমোনপী খুয়োন ফুয়তিং লৌপীনা।। মঙপোৎ লুতা থোং।। মচেং কায়রৈ অঙৌবপা পু।। নাকতা য়েপনা খোমলেন মঙচঙখিপাপু।। তুপি ঙাংয়েক চনুনা।। লাইয়েল মকোননুং।। তুপি ময়ানুংত ৱাইথুংখিএ।। তমপা পানপা ফাপীনা মপল লাইরেল তাউরোইনাইপ্ পুনেমখিএ।। ...... নুমিৎ মমায লুরে।।

নোংপোক লৈমবাতি। থপী হেনমোইবকলে। ৱাংলেন চাবং খোংলে।" (নুমিৎ কাপপা, লা: ৩৭-৪৩)। "নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা" গী মতুং ইন্না খৃষ্টগী ৬/৭ শুবা চহীচাদা পাল্লম্বা নিংথৌ উবা কোন্থৌবগী মচা নাউথিংখোংবু শেল্লোই লাংমাইগী মখুত্তগী লাংমাই চনু পীতঙঙানা নাম্থোক্লুনা চেলহন্নখি অমসুং হাঙলগদবা মৈতৈগী ফম্বাল কনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। মসিদসু নত্তনা কাঙলূপ কযা মরু ওইনা মৈতৈ, খুমন, মোইবাং, লুৱাং অঙোম, খাবা, হৈবেম খুনজান্নচিংবগী নুপী কযানা চাবৌ মৌবৌনবা অমদি অতৈ থৌবম কযাদা কথোকপগী পূকচেলগা লোযননা শরুক যাদুনা মবা তপ্পা খুৎকন পাঙ্গলবা কাঙলূপ অমা শেমগৎপা ঙমহনখি। ১৫ শুবা চহীচাদা পানখিবা নিংথৌখোম্বা নিংথৌনা অকলাদা লান তাবা চৎখ্রিঙৈদা তাংখুল চীংশাং পূম্বা লান হৌবক্লম্মী। মতম অদুদা মৈতৈলৈমা লিম্থোইঙম্বীনা শাপোৎ লানপোৎ শেত্তুনা তাংখুলশিংবু মাযথীবা পাখিবগী মতাং হৌজিক ফাওবা ৱাবীনবি। মসিগা মরী লৈনবা মতাং অমা পনবা যাই,

"শকাব্দ ১৩৬৫ দা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা অকলা নাখিঙৈদা মৈতৈলৈমা লিম্থোইঙম্বীনচিংবনা লৈবাক অপূম্বা তাংখমদা লৈবিঙৈদা তাংখুল হাও চীংশাং পম্বা লান হৌবক্লুনা খোমগে লাকপবু ঙম্না ফাবৌএ" (চৈ: কু:, লা: ১৯)। সমাজগী চৎনবোলদা যেংলগস্ নুপানা মপু ওইবা সমাজ অমদি ইমুংগী ওইবা চৎন পথাব লৈবম্বনা নুপী ওইবীশিংনা হীবম অযাম্বদা মবোমদোমগী ওইবা অনীংবা অপাম্বা বাখল্লোন্দা চপ যুংনা লেপ্পুনা বাবেপ লৌজবা ঙম্বগী হক লৈবমদরশুম তৌই। যূম পান্দ্রিঙৈদা মপাগী অমদি যূম পাল্লবা মতুংদা মপুবোইবগী মিৎযেং মখাদা তিংবগী ফীবমদা লৈবম্মী হাযবা যাই। খুদম ওইনা হাযববদা থাজ যোনজবগী মতাংদা নুপী ওইবীশিংনা পুন্সিগী খোঙলোয খনবদা মবন্নাই লেপচবা ঙমজদবগী ফীবম লৈবম্মী। লৈঙাক মপু অঙম অথৌ অমদি মতীক মশুন লৈব' নুপাশিংনা নুপী লোনবগী চৎনবী লৈবম্মী। মদুনা নুপীশিংবু মখোযগী তৌবা ঙম্বা মথৌনা মবিংজেন অমদি মতীক মশুন ওন্নবা পোৎশক অমশুম লৌনবম্মী হাযবগী লেঙদ্রবা খুদম ওইবম্মী। মচা নুপা পোক্লবী নুপীবু শোইনাইবী অমশুম যেংবীবম্বগী মমি ঙসিগী মীবোন্দসু তাবি।

মৈতৈ সমাজ অসি শাগৎপদা য়েক-শাগৈগী চৎনবী অসি য়াম্না মরু ওইবা শরুক অমা ওইরম্মী। হায়রিবা য়েক-শাগৈ খুদীংমক্কী পিবা হায়বা ফম অমা লৈরম্মী। ঙসিসু ফম অসি লৈরি। অসিগুম্বা ফম অসি শাগৈগী মচা নুপা অহন্না ওইগদবনী হায়বগী অকক্নবা চৎন-পথাপ লৈরম্মী। চৎন-পথাপ অসি কাযবা য়াদে। অসিগুম্বা ফীবম অসিদা পিবা ওইরিবা মীশক অদুনা মচা নুপা পোক্তবদি অতোপ্পা নুপী কয়া থিবা তাবম্মী। মরমদি মহাক্কী মনাও নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মচাশিংনা শাগৈগী ঈ ওইরবসু পিবা ফম অসি পাযবা য়ারমদে।

পুম্নমক অসি ওইদুনসু হীরম খরদা নুপীশিংবু ইকাই খুম্নরম্নগী খুদম লৈতবদি নত্তে। মখোয়গীদমক অৱাংবা ফিদা খাক্তনা থম্লম্বসু থেংনৈ। অঙনবা মতমদা লৈঙাক্লোন, সমাজগী ওইবা থৌরম যাওনা থবক থৌবম খুদীংমক্তা ঈরাং থৌনিবগা তৎন থানবা যাদবা মরী লৈনবম্মী। খুদম ওইনা হাযববদা ফম্বাল কাবা, লুহোংবা, লৌতাবা, লৌখাওবা, খুনতাবা, অসিনচিংবা পুম্নমক ঈবাং থৌনিবগা লোয়ননা পাঙথোক্লম্মী। মসিগা লোযননা অঙনবা মতমদগী পাঙথোক্তুনা লাক্লিবা “লাই হবাওবা” মনিপুরী সমাজগী শকযেং মিংশেলনী। অসিগুম্নবা মরু ওইবা থৌবমশিং অসিদা “মাইবী” না মপুঙ ওইবা থৌদাং লৌই। মাইবীগী ফম পায়রিবা নুপীশিংবু তাইবং মীওইবা অর্মদি লাইশিংগী মবক্তা থোং থাদুনা তৎন থানবা য়াদবা মরী শম্নহল্লিবা কাঙলুপ্পী হাযনা থাজনৈ। মখোয়না লাই তোংবা মতম হায়বদি লাইগী শক্তি যাওববা মতমদা হৌখবা, ওইরিবা অমদি ওইরক্কদবা কয়া মীয়ামদা পাউদমদুনা খঙহল্লী। অসুম্না মখোয়না সমাজদা ইকাই খুম্নফম ওইরবা অৱাংবা ফিদা মতম পুম্নমক্তা কন্দুনা থম্লম্মী। লৈঙাক মপুদগী হৌদুনা মীপুম খুদীংমক্কা মখোযবু লাইগী থাক্তা থমদুনা কিনা লুনা ইকাই খুম্নবা য়েংলম্মী। অদুবু মসিমক্কা নুপীগা নুপাগা থাক মান্ননা লৈবম্মী হাযবা যারোই। শেনমিৎলোন্দা য়েংলগদি নুপীশিংনা লৌরম্বা থৌদাং নুপাশিংদগী হন্থবা লৈবমদে। শীং চনবা, লৌ-উবা, য়েঙ্গাং-নাপী থিবা, ফিশাবা, ঙা ফাবনচিংবা অসি নুপী অমগী নাস্থোকপা য়াদ্রবা মথৌ ওইবর্মী। ফিশাবগী শিনফম অসি নুপী অমগী মরু ওইবা খঙদবা হৈতবা যাদবা মহৈ অমা ওইবর্মী। য়ুম খুদীংমক নিংঙোল ওইবীশিংগী শিন্দমশঙনী। মমা ওইবীশিংগী মখাদা ফিশা লানশা

অর্মাদ অকুপ্পা যুম্বাল্লোন, চৎন লোনচৎ কযাগী লৌশিং তানশিল্লম্মী। মপুঙ মবৈ ফাববী নিংঙোলশিংনা নিংঙোল্লাকপগী ফম পাযবা নুপা অদুগী যূমদা লাক্কুনা ফিশা লোনশা অমদি অতৈ হীবম কযাগী লৌশিং তানশিল্লী। তশেংনা হায়বদা মনিপুবগী যূম খূদীংমক অমসুং নিংঙোল্লাকপগী যুমশিং নিংঙোল ওইবীশিংগী মরু ওইবা শিন্দমশঙনী। অসুম্না শেনমিৎলোন্দা নুপী ওইবীশিংনা চাউনা মতেং পাংলম্মী।

নাৎ অমসুং কলচবগী হীবমদা নুপীশিংগী মফম চাউনা কন্দুনা থল্লম্মী। "পান্থোইবী খোংকুন" কৌবা লাইবিক্কী মতুং ইন্না পান্থোইবীনা খাবমযুমদগী শেল্লোয চীংদা পানবা নোংপোক নিংথৌগা লোযননা চেল্লক্কুনা নোংমাইজীংদা পানখি। মফম অদুদা হবাও মথোই কানা অনোইবোল শাদুনা ঔগ্রী শক্কুনা লাইহবা ওবগী থৌবম পাওথোক্লম্মী। অসি গুম্বা যেলহৌঙেদগী মনিপুরী সমাজগী চৎন লোনচৎ তাক্লিবা ঈবাৎ থৌনি অর্মাদি নাৎ কলচবগী মপুঙ ওইবা শক্তম উৎলিবা "লাই হবাউবা" হাযবা থৌবম অসিদা মাহবীগী মফম চাউনা কন্দুনা লৈবম্মী। মহাক যাওদনা থৌবম অসি মপুঙ ফাহনবা ঙম্লমদে। অসুম্ন জগোই ঈশেগী হীবমদা নুপীশিংনা মরু ওইবা থৌদাং লৌবম্মী। অসিদসু নওনা শান্নখোৎনবগী হীবমদা যেংলগসু "কাং শান্নবা" হাযবা মশান্ন অসি নুপীশিংগীদমক যাম্না মরু ওইবম্মী।

অঙনবা মতমদা লৈবন্না নুপীশিংনা পুবাবীগী তাংকক কযাদা মখল মখা কযামকমগী হীবমশিংদা মাযপুননা শকক যাবম্মী। অদুবু সমাজগী চৎন পথাপ অর্মাদি লৈঙাক ব্রাযেল পথাপ কযাগী মখাদা ফংফম থোকপা হক কযা ফংবা ঙম্লমদে। চাউবাক্কা যেংবা মিৎযেংদা অঙনবা মতমগী নুপীশিং অসি থাক অহুম থোক্লা খাযদোকপা যাই। অহানবদা লৈঙাক মপুগী লৈমশিং অর্মাদি মখোযগী ইমুং মনুংগী নুপীশিং। লৈমাশিংগী মবক্তসু থাক খেন্নবগী মওং লৈবম্মী। ফমথোন কাববী লৈমশিংবু যোইবু হাযনা খঙনবম্মী অদুগা ফমথোন কাদবী লৈমশিংবু যোইহৈ হাযনা খঙনবম্মী। কবিগুম্বা মতমদা ফমথোন অসিগী ব্রাহ্মৌদগী লৈমশিংগী মবক্তা মুক্লবা লাক্কুনা থোকহৈদবা থৌদোক কযা থোকখিবগী খূদম ফংই। "থৌবানথাবা হিবান" কৌবা লাইবিক্কী মতুং ইন্না খৃষ্টগী ১২/১৩ শুবা

চহীচাদা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌ থৌৱানথাবগী মতমদা য়োইবু য়োইহে ফমগী মরমদগী লৈমা মশেন মরক্তা নুংঙাইনদব লৈনবনা মরম ওইদুনা য়োইহে অকোং লাংমৈশুনা য়োইবু ফমথোন কারবী খুমন চনু শম্ফাবীবু মরাল শীনবা পান্বে ওইনা মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাবগী মনাওনুপা হেপীখু লৈশাপাম্বা তৌগাইঙম্বগী তাহৌবা লৈ নাচোম অদু লোন্না খুনগৎলগা খুমন চনুগী মোন মখাদা থমখি। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"...... য়োইবু তুনুং লাংলামাগী খুৎশু তেল্লি থোকপী শেনবী অকোং চনু লাংমৈসু পাও-ওম্বীনা শীঙলেন চোইনা কেল্লবা লৈরাং চোইনা তারৌববু লোন্না খুনগৎখিয়ে। চরৈ ফিকোন্নুংদা লোন্না শানথুপ্লে, হৌরেল কোরৌ নুমিদাং অঙাম্বা থোঙলেন খমলবদা য়োইহে অকোং লাংমৈশুনা য়োইহে মমি থিয়েক ৱা য়োইহে মনু নুয়েকৱাগী হয়ু মনুংশং নুংনাং মনা লেক্লাখোইবুং মরৌ চাওখিয়ে। অসাইঙৈগী হেপীখু লৈশাপাম্বা তৌগাইঙম্বগী হেনমোইনবা লৈবু য়োইবু চকপা ঙম্বী চরৈ য়াকুনুং মোল্লাং তপ্তাইথক্তা লোন্না শানথুপলুরে।" (থৌৱানথাবা হিরান, লা: ১৬)

লৈমশিংগী মরক্তা ফমথোন পীবগী চৎনপথাপ লৈজরগসু লৈবাক ঙাক্লোন অমদি ৱায়েন থৌদাগী শক্তি শিন্নবগী ৱাফমদি লৈরমদে। অনীশুবা থাক্তা মাইবীশিং অসি লৈরম্মী। মাইবী মরক্তসু অনেম অৱাংগী থাক খায়দোকপগা লোয়ননা শিনফম অসিদা চঙবা অমদি মথৌ পাঙথোকপগী কাঙলোন অমদি অকক্লবা চৎনপথাপ লৈরম্মী। নুমিৎ কাপ্পা অমদি পান্থোইবী খোংকুন্নচিংবা লাইরিকশিংগী মতুং ইন্না মাইবী পূন্নমক্কী লুচিংবী লৈরম্মী হায়বগী খুদম ফংই। পান্থোইবী মশামক মাইবী পূন্নমক্কী লুচিংবীনী হায়না শৈথারি।

অরোইবা থাক্তা মীচম নুপীশিং লৈরম্মী। সমাজগী ওইবা থবক থৌরম অমদি শেনমিৎলোন্দা অচৌবা থৌদাং লৌরম্বা মশীং য়াম্বা কাঙলূপ্নী। অসুম্না তোঙান তোঙানবা কাঙলূপ কয়া থোক্লা মনিপুরগী মফম কয়াদা খুল্লিংদুনা লৈরম্নবসু মপুং ওইনা য়েংবা মতমদা নুপীশিংনা নুপা ওইবা কাঙলূপকী মখাদা লৈদুনা পুৱারী শেমগৎপদা শরুক য়াদুনা লাকখি। থোইদোক হেন্দোকপা গুন্না লৈতেংবী কয়াবু মখোয়না সমাজগীদমক অমদি মীয়ামগীদমক পাঙথোক্লম্বা

থবকশিং অদু শীংথারদুনা লাইরেম্বীগী থাক্তা পুখত্তুনা ইকাই খুম্নবা উৎখিবগী খুদম কয়া লৈরি। য়াম্না শম্না হায়রবদা অঙনবা মতমগী মনিপুরদা লৈরম্বা কাঙলূপ খূদীংমক্না নুপীশিংবু খুনজাউ লৈচাউবা, খুৎকন পাঙ্গনবা অমদি চাকহোঙ ঙাহোঙবা কাঙলূপ অমা শেমগৎপদা মরু ওইবা থৌদাং লৌহল্লগা ফংফম থোক্লুবা হক কয়াদি মৎপীরম্মী। পাঙ্গল কনবা কাংলুপ্না মতু শোনবশিংবু মীরায়বীবা অমদি তুহৎপীবগী মতাং মালেমগী পুব্বারীগী খোঙচৎনী। খোঙচৎ অদুদা মনিপুরগী পুব্বারীসু অদুমক শাগোন্নদুনা লাকখি।।

# পান্থোইবী : লাইরেম্বীগী ফিদা ফংশ্রবী

শ্রী মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহনা বেঙ্গলী ময়েক্তা ইথোকপা "পান্থোইপী খোংকুন" কৌবা পুয়া অসি মৈতৈ ফুরুপনা লাইরেম্বীগী থাক্তা পুখত্তুনা ঈরাৎ থৌনিবগী থৌরম কায়দনা পাঙথোক্লিবা পান্থোইবীগী ব্রারীদা মপুঙ ওইনা শাগৎলী। পুব্রারীগী অঙনবা তাংকক্তা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরম্বা তোঙান তোঙানবা কাঙলূপ কয়াগী লাইনীং-লীচৎ চৎন পথাপনচিংবা কযা অমদি নুপীশিংগী ফীবম্নচিংবা কয়াগী মরমদা মচা খায়না য়াওই। নুপী কাঙলূপকীদমক মতীং থোক্লা পান্থোইবীনা লেপখিবগী মরীক চুম্না নৈনবা লাইবিক্লী হায়বা য়াই।

মপুং ওইবা ব্রারীদি মৈতৈশিংনা কংলাগী মপু ওইদ্রিঙৈ মমাঙদা খাবা কাংবুনা শক্তি লৈনা পাল্লম্বা মতমদা থোকখিবনী। মঙাং নিংথৌ লাইরেন তাউরোইনাই অমসুং লাইনামুং নামুংবীনা পান্থোইবী পোকই। মহাক্কী মবুং তরেৎ লৈবম্মী। মহাক অসি নুপী ওইরবসু মতম অদুগী থোইদোক হেন্দোকপী অমনী। নুপানা মপু ওইবগী চৎন পথাপ মখাদা নুপীশিংনা মনীং তমজবা ঙমদবা অদুগী মায়োক্তা লেপ্তুনা মনীং তম্বা শাজৎকা লোযননা হিংবা পাল্লম্মী। মহাক্লা মথোৎ কারকপা থাজ যোঞ্জবা য়াবগী মতম য়ৌবক্লবদা নোংচুপ মায়কৈদা লৈবা হাওকৈ খুনগী পিতিংকোয় লাম্বীনা পোকপা নিংথৌ শাপাইবনা মনাই লৈচোল হাওববদা হৈ-লৈ অমদি মংকৎ শেল পুদুনা পান্থোইবীগী মফমদা মাগা লুহোংনবগীদমক হায়জরুনবা য়াথং পীরম্মী। শাপাইবগী য়াথং পুদুনা লৈচোল হাওরবনা পান্থোইবীগী মফমদা চত্তুনা ব্রাবম পূম্বা চিংখদনা তম্লম্মী। অদুবু নিংথৌ শাপাইবা মহাক্কীদমক মতীক চাদে হায়না পান্থোইবীনা অয়াবা পীরমদে। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"...... ঈমাঙ কাংথোল তরেৎ থা ঈনিঙ কাংথোল তরেৎ থা, চয়রৈ খাখল খন্‌ন চামলও লমকারোই পশোৎ ফিরাকথান লোইমোম ফৌ কপোক চড়া মায়পানপীপু ফাম্‌না চাইনা খাঙলেল্‌ ফৈনা য়াম, চপখাঙ য়ৌয়োঙ ফাল মৈপুল হাইচাউ থাননা নোংহামপাথুঙ মাই, কতৌনকো" (পান্থোইপী খোংকুন:, লা: ২৭)। মদুগী মতুংদা নোংমা কংলাদা পাল্লম্বা খাব নিংথৌ শোকচ্রোংবগী মনাই মযাং খোযদোঙ ষণশেনবা অমদি খোয়দোঙ থোংদ লেপ্লা মখোয় অনীনা

ষণ লাবা অঙাওবা মফৈ তাঙবা অমদি অঙৌবা মরাইবক তোঙবগা অনীবু অৱাং মায়কৈদা লৈবা লাইশুচীংগী খম্বীলোক্তা শেল্লিঙৈদা পাম্থোইবীগী মবুং তরেৎনা ষণ অদুগী মচী অদু কয়া শাংবগে হায়না খিকলোই মতাং অমা থৎলগা ওল্লুবদা লোকলৈ পুলৈ হৌবা লোক্তা চঙখিরম্মী। পাউ অদু পাম্থোইবীগী মবুং তরেৎনা খাব শোকচ্রোংবগী মনাই অনীদা তম্লুবা মতমদা মখোয়গী মতীক চাব লীচৈ অমদি থৌরী লৈতবনা ষণশিং অদু ফাজিনবা ঙমদ্রে। মচন নুপীগীদমক ষণ লাব পোমাদুগা লোয়ননা ষণবী ময়াম য়াওনা মংকৎ পীরবনী হায়রম্মী। মতম অদুদা মবুং তরেৎনা মচন নুপীগীদমক হৌনবী মতুং ইন্না হৈ-লৈ অথুম অহাও য়োমদুনা মবুংঙো খাব নিংথৌবু হায়জবা লাকহল্লু হায়রুবদগী খাব মনাই অনী অদু থুনা য়াঙনা হনখিরম্মী। মখোয় অনীগী মফমদগী ৱারম পুন্নমক তারবা মতুংদা খাব শোকচ্রোংবনা মপান কোপত্রিবা অকায় অতোই য়াওদবা শেলনচিংবা পোৎলম কয়াগা লোয়ননা অথুম অহাও পোলাংদা হাপ্তুনা লৈ নাচোম, চেঙ-চাক, থুম, ষণনচিংবা য়াওনা মনাই লোযম হংনেম্বীগী মচা মৈনম অতোনববু পাম্থোইবী হায়জরুনবগীদমক থারক্লম্মী। মহাক্না মংকৎকী পোৎলম পুম্বা অমমমতা ওইনা শীংথাদুনা কংলৈ নিংথৌ খাব শোকচ্রোংবা অমদি মাগী তালোয় মনুতেকঙা অনীনা মচানিপা তরম খোইনুচাগীদমক মাবু হায়জবা থারকপগী পাউ অদু পাম্থোইবীগী মফমদা তমলম্মী। মতম অসিদা মমাইবেম্মা লাইরেম্মা লাইনামুংগী অমদি মবুংশিংনা পাম্থোইবীবু মতীক মগুন লৈনা কংলৈদা পাল্লিবা খাব ময়ুমদা অওং অউন তমনা লুহোংলগা থিনবীবগে হায়না থেল্লম্মী। মগুন চাউবা মপানসু থেম্বদগী তবম খোইনুচাদা থাজবা অদু য়ারম্মী। অদুবু পাম্থোইবীনা শা ষণ, মীনাই মীশন্নচিংবা কয়া অউনপোৎ ওইনা পীবিদনবা হায়জরম্মী। মদুগী মহুত্তা চাক চফু অমগা শাথোংবা ৱাল্লোং অমা অমসুং য়ুখুম অমগা পোৎলম অহুমদু পীবিনবা হায়জরম্মী। অসুম্না পোৎলম অহুমদু য়াওনা পাম্থোইবীবু খাব ময়ুমদা থিল্লম্মী। খাব ময়ুমদা পাম্থোইবী থিনবা লাকপা ময়ামদু পীজ পীথক্লুবা থৌরাং তৌরমদবনা খাব শোকচ্রোংবা ইকাইবা নংলম্মী। মকুবোক্কী মমায় ঙাক্লুবগীদমক পাম্থোইবীনা মাগীদমক মমা মপানা তম্বীরকপা চাক, য়ু অমদি শাথোংবা অদু পুথোক্লগা পীজ পীথক্কুনা মীয়ামগী পুক্লীং পেলহনখি।

খাব ময়ুমদা লৈরবা তুংদা মানা পাঙথোক্কে নীংবা থবক্তা মমা মপা মবুং মৌপ্পানচিংবা কনামত্তনা থিংবা ঙমদবী পান্থোইবীনা হিদেন কয়াদা মফম হোং হোংদুনা ইরুজরম্মী। মহাক্না অচৌ পিশক, মপু মনাই হায়বা ৱাফম অদু তুংওইনরগা মকুবোক খাব শোকচ্রোংবগী ঙা য়োকফম শোয়দগী মনাই হৈরেম ইনচিংবীশিংনা ফাবা ঙায়াম অদু পৎথ পুমথখিদনবা থৌরাং তৌদুনা ইন চিংবীশিং অদুবু মতেং পাংলম্মী। মতাং অসি লৌখৎচরি,

"...... হয়রেম ইননা হৈপী, খুনচান লোংনা হৈপীনা ঙাতাপাপু লেলৈ ঙায়াম ফারে। ৱাকয়ৈ হিনা হোনঙমতা শমু খোঙনা পুঙমতাবপাকি লেমলৈ ঙায়াম পৈরপাতা তমপা ৱাংঙম লোননা লেমলৈ তিঙলিতৎ ঙার। ফুমফৌরোননা মকে হাথানা খোইয়। লোকচুম থারাফানে হায়পাকিপু তমপা ৱাংঙম কোঙ য়াও মচয়শুপু লাংলেল ৱাপুক খায়না খললময়ে" (পা: খোং:, লা: ৪৬)। নোংমা পান্থোইবীনা তুরেল লাংমৈপুংদা চেঙহী লুজরিঙৈদা লাংমাই চীংগী নিংথৌ অঙৌবা খোঙজোম্বা নোংপোক নিংথৌ হায়না খঙনবগা থেংনবম্মী। নোংপোক নিংথৌনা পান্থোইবী মখোয় অনী মমাঙথক্তা পান্থোইবীনা লুহোংদ্রিঙৈদা হায়নখিবা ৱাফম অমদি মবুং ঙাংঙোই খোয়মোংবগা যানখিবা ৱাফম থুগায়দুনা খাব ময়ুমদা লুহোংখিবগী পেন্দবা ফোঙদোক্লম্মী। মতাংসিবু অসুম্না শৈথারি,

"......লহাল নতু ঙাংঙোই য়োয়মোংপানা শেল্লোয় ঈচিঙলেল লংমাই কমপোংপুংতা য়াওরও শা তাললঙৈতা নশাপি ঐঙোন্দা পাওমেললমপাপু লৈপানে। কোল্লোয় ঈতিল মেল নুংশিপা, কোঙ্গোই হায়চা ঈৱারেপ নুং ওনপাসুঙ ঐনা পাওমেনথোকখিপানে। শানৌ করি ৱাকিপু লীকলাং পাওহোংলাঙা মপানো?" (পা: খেং:, লা: ৪৯)। অসুম্না পেন্দবা ফোঙদোক্লবা মতুংদা নোংপোক নিংথৌনা পান্থোইবীবু খাব ময়ুম থাদোক্লম্লগা লংমাইজীংদা মাগা লোয়নননা নুংঙাই য়াইফনা পানমিন্নরসি হায়না থেম্লম্মী। মদুগী পাউখুম ওইনা পান্থোইবীনা মহাক লুহোংবা কুইদ্রিবা মবম্না মনেম মকু অমদি খাব কাঙবুনা মাবু মীরায়রকপা মতম অদু ফাওবা ঙাইবীনবা হায়রম্মী। তানজা অসিদা মবুং ঙাংঙোই য়োইমোংবা লাক্কুনা মখোয় অনীনা ঙাওনরল্লিবা ৱাফম

অদুগী মরমদা হংলম্মী। হায়নখিবা য়ানখিবা ৱাফমগী ৱাংমদা মচননুপী পাম্ভোইবীবু খাব ময়ুমদা থাজখিবগীদমক নোংপোক নিংথৌনা ঙাংঙোই-য়োইমোংবগী মফমদা পেন্দবা ফোঙদোক্লম্মী। লোয়ননা মচননুপী অদু খাব ময়ুমদা কুইনা লৈহনবা য়ারোই হায়না তকশিল্লম্মী। হায়রিবা ৱাফম অসিদা ঙাংঙোই য়োইমোংবনা নোংপোক নিংথৌগী মায়কৈদা লেপলম্মী। মহাক্না পাম্ভোইবীবু মহাক্কী মতীক মপা চাব নোংপোক নিংথৌগা নোংমাইজীংদা পানমিন্নরুনবা হায়রম্মী। অদুবু পাম্ভোইবীনা মবুং অমদি নোংপোক নিংথৌগী ৱাফম অদু খুদক্কী ওইনা অয়াবা পীরমদে। খাবগী কাঙবুনা মাবু তাথী তাওইনা তৌরক্লবা মখোয়না পামদবা শাজৎ লীচৎ চত্তুনা শাওহল্লবা মতুংদা মখোয়না নীঙলিবা থবক অদু পাঙথোকসি হায়রম্মী। মথং নুমিত্তা নোংমাইজীংগী পামলৌদা উননবা মতম থারম্লগা ময়ুমদা হনখি।

হাযনখিবা ৱাফম অদু ঙাক্লবগীদমক মথংগী নুমিত্তা মনেমদা তাক্লম্লগা পাম্ভোইবী লোং অমগা লোয়ননা খ্বাংদা তুঙ্গোল য়ান্দুনা ঙা ফাবা শানা ময়ুমদগী থোরকখিরম্মী। অসুম্না লাক্লগা চীংগোই মরিন্দা নোংপোক নিংথৌগা উনরম্মী। মথং উনবা অসিদসু মখোয় অনী নোংমাইজীংদা পানমিন্নবগী ৱাফম অদু অমুক হন্না তকশিল্লম্মী। অদুবু পাম্ভোইবীনা মাবু খাব ময়ুম্না লুনা চান্না থম্বীবা মরম্না খুদক্তা নোংপোক নিংথৌগী ৱাফম অদু য়াথোকপা ঙম্লমদে। মদুগীসু মথক্তা মতীক মগুন লৈরবা মপা ইবুংঙো অমসুং মবুংশিংগী মমায় চোপকদবা থবক্কী হায়না খল্লম্মী। অসুম্না নোংপোক নিংথৌগী মনীং থুংহনবা ঙমদনা পাম্ভোইবীনা ময়ুমদা হর্নখিরম্মী। ময়ুম য়ৌরবদা মনেম মনু তেকঙানা করি ঙা ফারকপনো হায়দুনা তুঙ্গোল হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা ঙা অমত্তা য়াওরমদে। মদুগী মহুত্তা অঙাংগী মকোক মরু ঙাক্তা য়াওরম্বদগী খাব শল্লাই পূম্নমক্না মাবু কি তুক্কচবগা লোয়ননা মীরায়বা হৌরক্লম্মী। মপুরোইবা তরম খোইনুচানসু ফমুং তোঙাননা থাদুনা মখোয় অনী য়ুম্বানবগী মরীদগী লাপ্না লৈখিরম্মী। মহাকপু লৎনবীবা অমদি মীরায়বীবগী মতাংদা অসুম্না ইরি,

"..... তমপা ঐপু তড়া চানমথিকুম ৱাংলৈ কোনঙৌ থোংকুম থংলেল তরম খোইনুচা নঙসুঙ লুমলং থেৎকোই নীকলে। তমপা ঐপু চয়রৈ য়াকু তৈনা

শোংকাঙপা অসীপু কতৌপনো? ...... ঈপল তুপী অঙনপা, ঈতু লাইরেল অরেমপাগী মরাল য়ায়কী তমপা ঐপু ঈরাল লুহোঙ খোঙতোং লাকপাপু কোরও নুমিৎ মঙানি শুতারিঙৈপু ঈথংলেল তরম খোইনুচা নঙনা হান্না ৱাংঙম ঐপু চয়রৈ য়াকু তৈখিপানে। তমপা ঐপু ওলয়ে হায়কুনো হায়না ৱাংঙম তিললাং মখোয় শাউ য়াইপী মনুং হওনা ৱাতাথীখিয়ে হায়তাপারা" (পা: খোং:, লা: ৫৭-৫৮)। মথং নুমিৎ অদুমদদি মফম মতম ওন্নবদগী মখোয় অনী উনবা ফংদনা হন্নখিরম্মী। নোংঙাল্লগা পাম্থোইবীনা কোংবদা ঈন চিংলিঙৈদা মখোয় অনী উনরম্মী। নোংপোক নিংথৌনা তাংখুল পাখংগী ফিজেত্তা মশক লোৎলগা মখোয় অনী পুন্না খাব ময়ুমলোমদা লাকমিন্নরম্মী। নোংপোক নিংথৌনা খাব ইংখোলগী চংবী লাকোন্দা লোত্তুনা লৈরম্মী। পাম্থোইবীনা অহিং অদু মমিৎ তুমদনা লং নাইরগা লেল্লম্মী। হোংলক্লিবা মমৌ নুপীগী শাজৎ অদুদা চিংনবা পোক্লবা মকুবোক খাব নিংথৌ শোকচ্রোংবনা পাম্থোইবীগী চৎনীংবা কোয়নীংবা মনীংতম্বা অমদি য়ুম্বানবগী মওং উদবা পুম্নমকসি অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগা মরী লৈনরবরা হায়না শোন্থাংননা ফোঙদোকখি। নোংঙাল্লগা মকুবোক্কী চংবী লাকোন পেংলুবগা লোয়ননা ফৌ পুরক্কে হায়না মকুবোক্তগী য়াথং লৌরগা চৎখিরম্মী। খাবগী চংবী লাকোন্দগী ফৌ অকংবা লুথোংদা হাপ্লগা পুরকপা উবদগী নোংপোক নিংথৌনা তান্নরক্তুনা মখোয় অনী লম্বীদা উনরম্মী। খাবগী কাঙবুনা মাবু চিংনরকপা অমদি কুপশেন শেন্নবগী রাফম অদু নোংপোক নিংথৌগী মফমদা পাউদম্লম্মী। মহাক্কী ৱাফম অদু তাবদা নোংপোক্না খাব শাগৈ নাতৈনা খঙদ্রি উদ্রিঙৈদা চেল্লক্লবা হায়বা মতাং অমা পনবা য়াই,

"...... তৌইকিতী তমপা ৱাংঙমলোন-ও লোইতাম থাশিরা লাঙহৈ কুমওল্লপাকা খাপা মরৌ চাউহৌরকঙৈনে। য়াংপানা খঙমনতারিঙৈতো খাপানা উতারিঙৈতো তমপা নংপু তুচোংপললালক-ও। শেল্লোয় ঈচিঙলেনতাপু কামনাসে লাংমাই লংপা চিঙতাপু কামানসে" (পা: খোং: লা: ১৮)। নোংপোক নিংথৌগী ৱাফম অদু পাম্থোইবীসু য়ারদুনা ইকুই কুইদনা খাব ময়ুম থাদোক্তুনা মাগী মতুং ইল্লগনী হায়না ফোঙদোক্লম্মী। অসুম্না লাংগোল চীংগী চীংথাংলৌদা মখোয় অনীনা উনগদবা মফম অদুদা তাংখুল পাখং শারগা নাপী থৎতুনা ঙাইরমগে হায়না পাওমেনখি।

মহাক ময়ুম য়ৌরকপা মতমদা মকুবোক খাব শোকচ্রোংবা শিশিন্নদুনা লৈরম্মী। অদুগা মনেম মনু তেকঙানা মখোঙ থীন্দুনা কপলাউদুনা তেংথা নাওইদুনা লৈরম্মী। ওইরল্লিবা ফীবম অদু খঙনীংলদুনা হংলুবদা মহাক্না মনেম মকুগী সেবা তুংওইনরগা মনীংমখা তম্না কোয়চৎ চত্তুনা লৈবা মরম্না মকুবোক শিবা অমদি শাগৈ ময়েং তানবগী মরম ওইরে হায়দুনা হুন্দুনা ঙাঙলম্মী। তানজা অদুদা লৌশিং লৈবী পাম্ভোইবীনা মকুবোক শিরে হায়বগী খুদম চাংদম অমত্তা ফংদে হায়না থাজদবা ফোঙদোকপগা লোয়ননা তরেঙয়োৎ অমনা মকুবোক্কী মনাতোন্দা থিল্লম্মী। মতম অদুদা খাব শোকচ্রোংবা চৈনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা "অয়ো ইমা" হায়না লাউরগা হৌগৎলক্লম্মী। খুদোং চাবা অসি লৌদুনা পাম্ভোইবীনা মাবু তাম্ভোক্লবা খাব ইমুংনা শরৌ শীন্নবনী হায়না শাওরম্মী। অদুবু মহাক্কী খাব শাগৈগী য়ুম লেপপীগদবা মৌনী লোয়ননা মকুবোক্কী থব্রায়বু অমুক হিংগৎহনবা ঙম্বীনী হায়না মকুবোক অমদি ময়াম চঙদুনা থেল্লম্মী। অসুম্না ময়াম চঙদুনা থেম্বা অদু য়াদনা নাশিন্নদুনা লৈরম্মী। মনেমদা হামৈ চাগে হায়রকপদা শাওরদুনা মনেম্না মৈতান অচাকপা অরাবা অমা মখুত্তা হাপ্লম্মী। মদুদগী পাম্ভোইবী হেন্না শাওগৎখিদুনা খাব ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখিরম্মী অমদি নোংপোক নিংথৌগী লৈফম থিরম্মী। মপু নিংথৌ খাব শোকচ্রোংবনা লুচিংদুনা মহাক্না চৎখিবা লম্বী মতুং ইন্দুনা তান্নরম্মী। পাম্ভোইবীদি তাংখুল পাখং শাদুনা লাকপা নোংপোক্কা লাইমিৎথিৎ কৌবা মফমদা থেংনরম্মী। মখোয় অনী কৌব্রু চীংদা উনসি হায়নরল্লগা অমুক হন্নখিরম্মী। মমৈথংদা কৌব্রু চীংদা উনরবা মতুংদা শক লোত্তুনা খাব কাঙবু উদনবা চেনখিরম্মী। মখোয় অনী নোংমাইজীংগী অতোপ্পা চীংশাং নাপোম অমদা নুমিৎ নীনি লোত্তুনা লৈরম্মী। তাংখুল শাদুনা মখোয় অনীনা ফৌগাক লৌফমদা লৌ য়ানবা চৎলম্মী। অহীং অনী লোৎলবা মতুংদা নোংমাইজীং চীংদোন্দা কাদুনা পাম্ভোইবীনা অঙোম কাঙলুপকী মৌ ওইদুনা মতীক মগুন লৈনা পানখি। মখোয় অনীনা মফম অদুদা লৈরবা মতুংদা মপা ইবুংঙো তাউরোইনাই অমসুং মমাইবেম্মা লাইনামুং নামুংবীসু মখোয়বু উনবা লাকখি। মায়কৈ ঙাকপা লাইয়ামশিং হায়বদি অব্রাং মায়কৈ ঙাকপা মারহল, খা ঙাকপা ব্রাংবরেল, থাংজীং, সোরারেনগী মচা

খোরীফাবা অমসুং হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুঙ্গিবনচিংবা শক্লাইবা কয়া লাক্তুনা হৱাউ মথোই কানা নুংঙাইবা ফোঙদোকপগী থৌরম পাঙথোক্লম্মী। পাম্থোইবীনা ৱাখল লৌশিং, পাঙ্গল পুথোক্তুনা ৱাত্ত পাদনা নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়না পান্নবা হোৎনরম্মী। লৈবাক চাকহোঙ ঙাহোঙনবা, খুনজাও লৈচাউনবা পাউশা ঈশৈ শক্তুনা, অনোইরোল জগোই শাদুনা হৱাউ তয়াম্বগী থৌরম পাঙথোক্লম্মী।

নাকন অমরোমদা খাব কাঙবুনা মমৌ নুপীগী খোঙ্গুল লীরুবদা ফংবা ঙমদবদগী নীংবা কায়না ময়ুমদা হনখিরম্মী। মনেমবোক মনু তেকঙাগী মফমদগী নোংপোক নিংথৌগী মমৌ নুপীগা লোয়ননা উনখিবগী ৱারম পূম্বা তম্বগা লোয়ননা মহাক্লা চিল্লম্বা লৈমন নাচোম লৈরাং, শেৎলম্বা ফনেক, ইল্লম্বা ইন্নফি, শীজিন্নরম্বা শমজেৎনচিংবা পূম্নমক অদু শঙ্গায় অমা শাদুনা খুভম য়ারগা লাৎনবা ৱাফম হৌদোক্লম্মী। মমৈথংদা নোংমাইজীংদা লাক্তুনা নোংপোক নিংথৌ অমসুং পাম্থোইবীগী মফমদা খাব ময়ুমদা লাকপীনবা হায়জবদু য়াবীরম্মী। খাব কাঙবুনা ঙানু, খুনু, য়েন, ওক থোংদুনা চাকলেন অমা লাঙলগা মখোয়না তাথী তাওইনা তৌখিবা কয়া অদুগীদমক ঙাকপীনবা হায়জরবদা থৌজানবীরদুনা খাবগী য়ুমদা ঔগ্রী খেঞ্জো লাইরোল ঈশৈ শক্তুনা খাব মীয়াম হুপ্লা লাই হৱাউবগী থৌবম পাঙথোকখি।

"পাম্থোইপী খোংকুল" দা পাম্থোইবীবু লাইরেম্বীগী থাক্তা পুখত্তুনা মতীক মগুন শৈথাবগা লোয়ননা লাৎখিবগী মরী মখোঙ তাক্তুনা য়াওরি। মহাকপু অসিগুম্বা ইকাই খুম্ননিংঙাই ওইরবা ৱাংলবা ফিদা অসি ফংখিবগী মবম অসি মচা খায়না কুপ্লা নৈনফম থোকই। মতম অদুগী সমাজনা মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা মগুন অমদি শক্তি লৈ হায়বসি য়ারম্বগী ময়েক লারবা খুদম্নী। য়াম্না শম্না হায়রবদা অঙনবা মতমগী মনিপুরদা লৈরম্বা নুপীশিংনা পাঙথোকপা ঙম্লমদবা থবক মহাক্লা পাঙথোক্লম্বনা মহাকপু লাইরেম্বী ওইহনখিবনী হায়বা য়াই। হৌজিক ওইরিবা মনিপুরী সমাজগী চৎনরোল অসিগা চুশিন্নদবা মওংদা খাব শাগৈগী মৌ ওইরবা মতুংদা নোংমাইজীংদা পানবা নোংপোক নিংথৌগা অরোনবা মরী থম্নরবা মতুংদা খাব ময়ুম থাদোক্তুনা নোংমাইজীংদা নোংপোক্লা

পানমিন্নখিবা অসিমক মাগী লমচত্তা অমকপা লৈবগী মমি তাই। অদুবু নুপানা মপু ওইবা কাঙলূপ কয়াগী সমাজ চৎন পথাপ মনুংদা নুপানা নুপী কয়াগী মপু ওইবগী থোইদোক হেন্দোকপা হক লৈরম্মী। অহোইনদুম নুপা থোকপা তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈবা অমা ওইনা ইকাই খুম্নবা ফংলম্মী। অসিগুম্বা নুপী নুপা অনীবু খেন্নবা মিৎয়েংদা থম্লম্বা চৎনরোল অদুগী মায়োক্তা য়াম্না থৌনা লৈনা শীংনবা মহাক্কী শাজৎ অমদি থৌওংনী হায়না লৌবসু য়াই। অদুগা অমরোমদা ৱাখল মান্নদবা নুপা থোক্তবা তরম খোইনুচাগী মফমদা মমা মপা মবুংশিংগী য়াথং ইন্দুনা লুহোংলবসু অমুক কায়নরগা ৱাখল তিন্নবা নোংপোক নিংথৌগা পানমিন্নদুনা নুপী ওইবীশিংগীদমক পুন্সি খোঙলোই খনবদা মনীং তম্বগী হক অদু তানবনী হায়বসু য়াই। নুপীমক ওইরবসু মহাক্কী অনীংবা অপাম্বা কয়াবু চৎনবীনা নমশিন্দুনা থম্বা পান্লমদে। মহাক্কী শাজত্তা মনীং তম্বা শাজৎনা মপুঙ ওইবা নুপা ওইবগী মওং মতৌ যাওই হায়বগী মতাং পনবা য়াই।

"...... লাংপল কাওখা নানমা তোনকানপী তমপা চাকোক অখৈপী, নুকি নুবম তাপী, পাকি পারম শকপী, লুমাঙ শমলাং চকো লয়, লুতুং শমচি ওয়রম হুল, খোইমোম লাইকী মপোক থোইথোইপী" (পা: খোং:, লা: ৫)। নুপীশিংদা থম্বা অথিংবা কয়ানা হীরম কয়াদা মনীং তম্বা ঙমদবগী ফীবম অদু শীংনবগী মতাং কয়া য়াওরি। নুপা অমনা তৌবা ঙম্বা থবক খূদীংমক মহাকসু তৌগনি হাযবগী ৱাখল চেল্লী। মহাক্কী মনীং তম্বা শাজৎকী মতাংদা অসুম্না ইরি,

"...... তমপা উনারাংপী নপল তাংলকতপী, নতু মীথাতপী, তমপা খোইমোম লাইরেম্মা, হৈনা থৌমিংফতাপী, থাংফাং কোল্লোয় ঙমতাপী, য়োয়পু পূক্কীং নরাচা, হেপনিঙ লমশাং কোংপী, লৈকাই হেকলোয় চঙনা তোয়তওপী...... চয়রৈ লেংতা য়াননা খালৈ লওমী মতাকনা লৈকাই হেলোই চঙপী, নতা খুনপোই য়ামপী, অঙানপা লৈতোঙ লেপ্পী, লৈরকশিনশু খুতিঙতা খোংপাল লোইথোক হাওতানা হিথেল চংলৈ খুতিঙপু শেনতনা ঈরু শানতেংপী" (পা: খোং:, লা: ৭, ৯)। অসুম্না মনীংতম্বা শাজৎকা লোয়ননা নুপী ওইবী ময়াম পূল্লগা হীরম কয়া নৈনবা পামজবা মীশক অমা ওইনা উৎলী। লোয়ননা থবক থৌরম খূদীংমক্তা মানা পূম্নমক্কী লুচিংবী ওইবগী গুন অদু য়াওরম্মী।

লাইরিক অসিদা পান্থোইবীবু তম্ফা ৱাংঙমলোন, মৈতৈ চনু অমদি মঙাং চনু হায়না শৈথারি। মরম অদুনা মহাক অসি মৈতৈ কাঙলূপ্তা তিনখিবা মঙাং নিংথৌগী মচানুপী ওইরম্বা য়াই। নিংথৌরোল লম্বুবগী মতুং ইন্না খৃষ্টগী ৭/৮ শুবা চহীচাদা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌনা মঙাং কাঙলূপ্পু মায়থীবা পীরম্মী। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"...... লোইচীং শারোনয়াদা খৌশাথবদি তুবি থিংবু মথিনাই লাইরেন মৈপু-ওৎ চুঙলেপ ৬০ চোং কাউরেন ষনখাং ১০ লান খংনং লাইতং লেংনা পনথেংথবদি মঙাং য়াগা চায়রে...।" (নিংথৌরোল লম্বুবা, লা: ৩৫) মনীং তম্বা শাজৎনা মপুঙ ওইবা ওইবী পান্থোইবীনা নুপা থোকপা লৈবাক মীযাম অমসুং সমাজগী য়াইফনবা খনবা মীশক অমবু মহাক্কী পুন্সি খোঙলোয় ওইমিন্নবা পামলম্মী। হাওকৈ নিংথৌ শাপাইবগীদমক হাযজরবা মতমদা মতীক চাদে হায়দুনা অয়াবা পীখিদে। অদুবু কংলৈ নিংথৌ খাব শোকচ্রোংবগী মচানুপা তবম খোইনুচাগীদমক হাযজববা মতমদা মহাক্কী পুন্সি খোঙলোয ওইগদৌবিবা মীশক অদু মতীক চাবা নুপা অমনি হায়বগী প্রমান থবক ওইনা উৎপা পাল্লম্মী। লম্বী থোংনচিংবা শেমগৎ শাগৎপগী থবক্তা মায ওনশিনবা নুপা অদু মহাক্কী মতীক চাবা খোঙলোইনি খল্লম্মী হায়বগী মতাং অমা পনবা যাই,

"তাইযম অতোনপা আতে লওখামপা-ও ঈমান নিংথৌ খাপা শোকচ্রোংপা কংলৈ লৈপাক মপানা, থংলেল তরম খোইনুচাকানা নয়ুম খাপা পুন্না হওনা তম্পা ঐকি তমকপু কবি থোংপু খোংশাপানো হায়না পাউহংপাপু লোয়য়ম হংনেমপীচানা হোয়তা তম্পা কোরও ঈনোংথৌ-ও, নমান নিংথৌ খাপা শোকচ্রোংপানা মনু অকঙা খাপা হোইতোনপম নিংঙোনপী কানা খাপা পুন্না হওনা তম্পা মঙকি তমকপু থোংশাপাতি তেংনৌনা থোংখোঙ ওইয়ে। কোরও নোং নোংলুপান্না থোংপাক শেময়ে। মালেম লৈসনানা থোংলেল পামপৈ ওইয়ে" (পা: খো:, লা ৩৭)। অসুম্না হাওকৈনিংথৌ শা পাইবনা পাঙথোকপা ঙমদবা থবক অদু খাব কাঙবুনা ঙমখিবা অসিমক্না পান্থোইবীবু মমৌ ওইবা ফংজখিবনী হায়বা য়াই। মহাকপু মৌ ওইনবগী হায়জরবা নিংথৌ শাপাইবগী কাঙবু অমসুং খাব কাঙবু অনীমক্তা মাগীদমক করম্বা মখলগী থোং

শাবীরবগে হায়না হংখি। উনা থোংখোঙ ওইরগা ব্রান থোংপাক ওইনা শাবা শাপাইবগী থোং অদু মাগীদমক মতীক চাদে হায়খি। য়োংনা থোংখোঙ ওইরগা লুপানা থোংপাক ওইরগা সনানা পাম্বে ওইবা খাবগী থোং অদুবুদি মাগীদমক মতীক চাবনী খনখি। অতোপ্পা মিৎয়েং অমদা য়েংলগসু মসি প্রমান ওইনা পুথোকপা পাম্বোইবীগী লৌশিং চাংয়েংনী হায়বসু য়াই। মমাঙউৈদা তোঙান তোঙানবা কাঙলূপ কয়াগী মরক্তা অমুক য়েংথীনবা অমুক চান্নবা তৌদুনা কাঙলূপ অমনা অতোপ্পা অমবু য়োৎশিন্নবা হোৎনবগী অরেপ্পা লৈতবা লান কয়া শোক্লরম্মী। মরম অসিনা খুৎকন পাঙ্গনবা অমা ওইননবা মীচং খোম্নবগী লাল্লোংদা চারৌ মৌরৌনবা হায়বসি য়াম্না মরু ওইরম্মী। মরম অসিনা লৈঙাক্লোনগী মিৎয়েংদা থন্নগা পাম্বোইবীনা মপা নিংথৌগা অমদি মহাক্লা ওংলুগদৌরিবা কাঙলূপ অদুগা তুংকোইবা অচেৎপা মরী অমা থমহৌনবা পোরম য়াৎপা ওইরম্বসু য়াই। অতোপ্পা ব্রাখল্লোন্দা হায়রগা মহাক অমদি মহাক্কী মপুরোইবা ওইগদৌরিবা মীশক অদুগা কয়া য়াম্না চেৎশিন্না তুংকোইনা লৈগদগে হায়বগী চাংয়েং অমা ওইরম্বসু য়াই। ওইনীংবা অমা ওইরবসু পাম্বোইবী ব্রাখল লৌশিং চঙখোনবী অমা ওইরম্মী। পূম্নমক অসি নৈনরগা মহাক ইচম চম্বী নুপী অমা ওইরমদে হায়বসি তাকই। মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা গুন অমনা মীগী তৌবীমল মশক খঙবগা লোয়ননা মাগীদমক ব্রাবীবশিংবু পূক্লীং পেলহনবগী অপাম্বা লৈরম্মী। মাবু খাব ময়ুমদা থিল্লকপা নুমিৎতা থিনবীরকপা মীওইশিং অদুগী চান থক্লবা থৌরাং তৌরমদবদগী ইকাইবা নংলম্মী। খাবগী কাঙবুখক্তা নত্তনা মপা মমা অমসুং মবুংশিংনা ইকাইবা নংগদবা অদু মাগীদমক তম্বীরকপা চাক, শাথোংবা অমসুং য়ু পুথোক্তুনা মীয়ামগী মবূক পেন্না পীজখি।

খাব ময়ুম অমদি তরম খোইনুচাগী মওং মতৌ হান্না খঙলুদবনা মহাক্লা লুহোংবদু য়াখিবা ওইরম্বা য়াই। লুহোংবা নুমিৎতা মখোয়গীদমক ব্রাবীরকপশিংবু পীজ পীথক্তুনা মপূক্লীং পেলহনবগী ব্রাখল লৈতবা খাব কাঙবুদা তৌবীমল খঙদবনী খন্দুনা ব্রারৌরম্বসু য়াই। মহাক্কা ব্রাখল মান্নরক্তবা ফীবম লৈবদগী খাবগী ময়ুমদা লৈনীংদবগী মরম অমনী হায়বা য়াই। নুপা থোক্তবা তরম খোইনুচাগী মওং মতৌদা মহাক্কী পূক্লীং হোংলকখিবা ওইরম্বসু য়াই।

পাম্থোইবীগী অহোংবা লীচৎ শাজত্তা মপুরোইবা অমা ওইনা য়ানীংবা য়ানীংদবা ফোঙদোকপা নত্রগা ৱারক ৱাতেম তৌবগী মওং অমতা লৈরমদে। মখোয় অনীগী য়ুম্বানবগী ওইবা মরী অদু তরম খোইনুচানা ককথৎখি। অসুম্না য়াম্না তহা তহাবা মপুরোইবগী ফিরেপ অদুনা নোংপোক নিংথৌ অমসুং পাম্থোইবীগী মরী হেন্না চেৎশিনহন্নবা মরম অমা ওইখি। মমৈথংদা পাম্থোইবীনা নোংপোক নিংথৌগী মতুং ইন্দুনা চৎপ্রবদা তরম খোইনুচানা নুপা অমা ওইবগী মতীং পুথোক্তুনা মখোয় অনীগী মথক্তা থবক অমত্তা লৌখৎখিদে। অহোইনদুম খাব শাগৈ পূম্নমক মকু খাব শোকচ্রোংবা অমসুং মনেম মনু তেকঙানা লুচিংদুনা নোংপোক অমদি পাম্থোইবীগী মফমদা চঙজদুনা মখোয়না মমাঙথক্তা পাম্থোইবীগী মফমদা চৎখিবা শাজৎ কয়া অদুগীদমক ঙাকপিনবা হায়জখি।

অমবোমদা মতমদুগী চৎনরোলদা য়ুম পাল্লবী নুপী অমনা মপুরোইবগী য়ুম থাদোক্তুনা অতোপ্পা অমগা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোংদাবা য়াদে হায়বগী অকক্লবা চৎন-পথাপ লৈবমদবগী খুদম্নী হায়না লৌবসু য়াই। খাব ময়ুমদা লৈরবা মতুংদা নোংমা তুরেল লাংমৈপুংদা নোংপোক নিংথৌগা উনরিঙৈদা মবুং ঙাংঙোই য়োয়মোংবা লাক্লম্মী। মদুদা নোংপোক নিংথৌনা মখোয় অনী মমাঙমক্তা য়ানখিবা ৱাফমগী ৱাংমদা তরম খোইনুচাদা থাজরম্বগীদমক পেন্দবা ফোঙদোক্লম্মী। মতম অসিদা মবুং য়োইমোংবনা খাব শাগৈগী মৌ ওইথ্রবী মচনবু নোংপোক নিংথৌগা পূন্না পানমিন্ননবা হায়খিবা ৱাফমগী মতাং অমা পনবা য়াই,

“...... লাইরেল ঙাংঙোই য়োয়মোংপানা ইমোম তমপা ৱাংঙমলোনৱ ও, তমপা নতিকনা, ৱাংঙমপা নহাকনে। নশাপি অঙৌপা কোল্লোয় মতিলমেনপু তমপা মাই লৈচিল ওললকুনো হায়না ৱাহমখিয়ে হায়তপরা?” (পা: খোং:, লা: ৫২)। ৱারক ৱাতেম্বগী মিংদা মনেম মনু তেকঙানা পাম্থোইবীগী খুবাক্তা হাপচিনবগী থৌদোক মীনুংশিগী ৱাংমদনী। মসিনা পাম্থোইবীবু খাব ময়ুমদগী লাপথোক্লবগী লম্বী অমসু ওইখি।

লাইরিক অসিগী অয়াম্বা শরুক্তা পাম্থোইবীগী মতীক মগুন থারকপা মতমদা মাইবী পূম্নমক্কী মকোক ওইবী মাইবী লুচিংবী হায়না শীংথারি।

পুব্বারীগী অঙনবা শরুক্তগী হৌনা সমাজগী মরু ওইবা থবক থৌরম কয়াদা 'মাইবী' কাঙলূপকীদমক ইকাইখুম্নফম ওইবা ফিদা খাক্তুনা থম্লম্মী। মাঙলমচত্তা ওইখিবা, হৌজিক ওইরিবা অমদি তুংদা থোক্লক্কদবা কয়া মনুং হনজিন্না উবা খঙবা ঙম্বা অমদি মীগী পূক্লীং ব্রাখল ময়েক শেংনা উবা ঙম্বা লাইগী শক্তি চেনবশিংনা ফিদা অসি ফংবা ঙম্লম্মী। মীগা লাইগা অনীগী মরক্তা থোং থাদুনা পাউ ফাওনহল্লিবা কাঙলূপ্পী হায়না থাজনৈ। মখোয়না লাইনীং লীচৎকা মরী লৈনবা ঈরাৎ থৌনীগী ওইবা থবক থৌরম কয়াদা মরু ওইবা থৌদাং লৌই। অসিগুম্বা সমাজগী মরুওইবা থৌদাং লৌই। অসিগুম্বা সমাজগী মরুওইবা থৌদাং লৌরিবা মাইবীশিংগী লুচিংবী অমা পাম্থোইবীনা ওইরম্মী হায়বগী মতাং অমা পনবা য়াই।

"...... খাপী লেংনাউ মোমপী, মালেম লৈমায় হনপী তমপা লৈহৌ নোংহৌপী, ব্রাংঙম কোনখৈ অতামপীও" (পা: খো:, লা: ২৯)। 'নুমিৎ কাপ্পা' পুয়াদা পাম্থোইবী অসি মাইবী পূম্নমক্কী লুচিংবীনী হায়না ইরি। কংলৈ নিংথৌ নুমিৎ সনা খোমদোনগী ময়াম্বা তাউহুইরেংবু খ্বাই নোংজেংবমগী য়েকমা হাও তংলানা তেন্না কাপথখি। থৌদোক অদুনা মরম ওইরগা অকিবা পোকহল্লবা কংলৈ নিংথৌ ফম্বাল থাদোক্তুনা চেনখ্রগা মোইরাংদা লোত্তুনা লৈখি। লৈপাক মীয়াম নিংথৌ পান্দবগী অব্রাবা মায়োক্লরম্মী। অসুম্না মীয়াম্না থেংনরিবা অব্রাবা অদু কোক্লবা মাইবী পূম্নমক্কী লুচিংবী ওইবী পাম্থোইবীনা মীয়ামগা লোয়ননা হৌনবী মথৌ মঙম পাঙথোক্তুনা কংলৈ নিংথৌবু মোইরাংদগী কৌখৎলগা অমুক হন্না কংলাদা পান্দুনা মরা তপ্পা ঈংনা পানখি। "পাম্থোইবী নাহেরোন অমসুং অমন শিকুমলোন" হায়বা লাইরিক্তসু পাম্থোইবীবু নোংথৌ মাইবী হনবী লৈপাক ব্রাতেম্বী হায়না শৈথারি।

"...... নমোম ঐসু কোরৌ নোংথৌ মাইবী হনবী লৈপাক ব্রাতেম্বী কোরৌ নোংনা নারবসু লাইকনবী, মালেম লৈনা নারবসু লাইয়েংবী, য়ুহানা হাগে হাহন্দ য়ুচেংনা নিক্কে নিকহন্দা, কোরৌ নোংখোঙ কায়গে কায়হন্দবী খুয়োন ফৈদিং লৌবীনে" (পাম্থোইবী নাহেরোন অমসুং অমন শিকুমলোন, লা: ৫)। অসুম্না মীগী মপোক্তা পোকচরবসু মতমদুগী সমাজদা অব্রাংবা ফিদা ফংখিবী

ৱাখল লৌশিং চঙখোনবী পাম্বোইবীবু লাইৱেন্নীগী থাক্তা পুখত্তুনা ফিদম্নীংঙাই ওইবী অথোইবী ওইনা খাব কাঙলূপশিংনা ইকাই খুম্নখি হায়বগী খুদম ফংই। লাইনীং লাইশোন ঈরাং থৌনিদা মপুঙ ওইরগা থবক থৌরাম খূদীংমক পাঙথোক্লম্বনা মাইবীগী মফম চাউনা কনবগা লোয়ননা মরু ওইবা থৌদাং লৌরিবা মীশক অমা ওইরম্মী।

পাম্বোইবীগী মতীক মগুন থারকপদা মহাক অসি পূকচেন চাউবী অমদি পীনহৈবী অমনী হায়বসি তাকই। মসিগা মরী লৈনবা মতাং অমা পনবা য়াই,

"...... তমপা কোরও অৱাংপী নথুম হৈ, ৱাংপল ননাম হৈপু পুনশি খুৎশিননবা লনকু তাইহেল নাইতহৈ, য়োয়পু তমপা ৱাংঙমলোন, মৈতেঙঙু চনু, তমপা হুয়েন লাল লৈমা লানকুপী ৱায়রা শারৈমা শাকুপী, কচেং নিঙথও কনপী, থাঙলেল হাইকুপ চেনপী সনা চয়পুল শুপী, কচেং নোংথাঙ চুঙলেননা থমতও লেপতম চোংগুম লান্না পাংকল তেঙপাং লাকহৈপী, তড়া চাক মাপী, চাককুপী ললকয়গী পীমা হৈপী" (পা: খোং, লা: ৩)। মীনাই লোইবগী চৎনবী লৈরম্বা সমাজদা লৈঙাক মপুশিংনা মীনাই লোইরম্মী। মতীক মঙান লৈবা কংলৈগী লৈঙাক মপু ওইবা খাব কাঙলূপকী মৌ ওইরবসু পাম্বোইবীগী মফমদা অচৌ পিশক খায়বগী অমসুং মপু মনাই খেন্নবগী মিৎয়েং অমদি চৎনরোলগী ৱাংমদা থবক কয়া পাঙথোক্লম্মী। মীচম নুপীশিংনা তৌবগুম ঙা ফাবা, লৌশূবনচিংবা মনীং তম্না শূবা নোম্বা চৎলম্মী। নোংপোক নিংথৌদা ময়ুম পাল্লবা মতুংদসু পাম য়ান্দুনা মখল মখাগী মহৈ মরোং পুথোক্লবা হোৎনরম্মী। লশিং থাবা, ফিরোল শাবনচিংবা থবক তৌদুনা শেনমিৎলোন্দা চাওখৎ থৌরাঙ পুরক্লবা হোৎনবদা মরু ওইবা থৌদাং লৌখিবী লুচিংবী অমনী হায়বা য়াই। মখল মথেল কয়াগী ফৌ পুথোক্তুনা চাব থকপা মরাং কায়নবা হোৎনরম্মী।

অঙনবা পুৱারীদা কনাগুম্বী অমবু মৌ ওইজগে হায়দুনা নুপা ময়ুমগী কাঙবুনা পোৎলম কয়া হায়বদি হৈ-লৈ, শা-ষন্নচিংবা খুদোলপোৎ পুদুনা নুপী ময়ুমদা হায়জবা চৎলম্মী। অসিগুম্বা খুদোলপোৎ পীবা অসিবু মংকৎ পীবা হায়না খঙনরম্মী। অসিগুম্বা চৎনবী অসিদা পাম্বোইবীনা পূক্লীং খোয়জংলমদে। মহাক্কী মফমদদি মংকৎতগী নুপা অদুগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অমদি তুংকোইনা পূকচেল

খোয়জেন তিন্ননা য়ুম পানমিন্ননা হিংমিন্নগদবা মীশক অদুনা হেন্না মরু ওইবনী হায়না খল্লম্মী। মরম অসিনা হাওকৈ নিংথৌ শাপাইবা অমসুং খাব নিংথৌগী মচানুপা তরম খোইনুচাগীদমক হায়জবা মীওইশিংদা ব্রাহং পাউহং তৌদুনা মতীক চাবা খোঙলোই ওইবা য়াবা মীশক্না হায়বদু চাংয়েং তৌরম্মী।

অদুগীসু মথক্তা অউনপোৎকী চৎনবীদা পূক্লীং লূপশিল্লমদে হায়বগী খুদমসু ফংই। চীঙ্জাক মরাং কায়হল্লবতদা চাওখৎপা সমাজ অমা শেমগৎপা ঙমগনি হায়বগী অচেৎপা ব্রাখল্লোন লৈরম্মী। মরমসিনা অতৈ পোৎলম হায়বদি মীনাই শাষন্নচিংবা উনবীবগী মহুত্তা চাক য়েঙ্খাং অমদি য়ু ওইনা উনবীনবা হায়জরম্মী। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

“...... ইপল তুপী অঙনপা, ঈতু লাইরেল অরেমপশিং-ও নমোম ঐঙোনতা কাওবেল শনশীব্রাক তাইয়ম নাইশমশাংবু লল উনপিকুনো। তড়া চা থোপমা, শারেল ব্রালোংমা, ব্রাংলৈ খুমলোং মাকাপু ললউনপি-ও হায়না পাওমেল্লপাতা...” (পা: খো:, লা: ৩৮)। মক ওইবা মীয়াম তিনবা থৌরম খূদীংমক্তা য়াওদবা য়াদ্রবা মচল অমা ওইরিবা চাক, য়ু, শা মরাং কায়না থোকহনবা ঙম্বা মচাকশিং অদু অউনপোৎ ওইনা তানবনী হায়বগী প্রমান্নী।

করিগুম্বা ব্রাফম অমগী অচুম অবান লেপ্লবা মরৈ তৌনরকপদা পাইরাক্কী লৌশিং শীজিন্নবা হৈবী অমনী। মঙোন্দা মীনম্বা য়ারমদে। অচুম্বা পুথোক্লবা হোৎনবদা থৌনা ফবীনী। মহাক্কী মনীং তম্বা শাজত্তা য়ানীংদবগী মনেম মনু তেকঙানা মানা মরম ওইরগা মকুবোক শিরে হায়দুনা মীনম্লম্মী। মকুবোক্কী অনাবা ফগৎনবা ব্রা তাননবগী তানজা পীবগী মহুত্তা কোইচৎ চত্তুনা শাগৈ ময়েং তাহন্নবা শাজৎ চৎলে হায়না মরাল শীরম্মী। মদুদা পাম্ভোইবীনা মকুবোক শিরে হায়বগী খুদম ফংদে হায়না থাজদবা ফোঙদোকপগা লোয়ননা মকুবোক্কী নাতোন্দা তরেঙয়োৎনা থিনবগী মতাংনী,

“...... ইমান নিংথৌ কোবও নোংকারে হায়পা অসিপু তমপা নহয়রোল ঐ মিৎয়েং শানখৈহৌকে, চেংলও মিৎথিৎলুকে। চয়রৈ মায়খল হাংলারাউ ও। অসুম্না হায়খরপাতা তমপাকী পুমলাং মথানুংকি তরেঙ হূঙশোল খোংফাৎ য়োৎ, শিনৌ মোইরে অপিশাপু তমপা চয়রৈ ফিকুনুংতা পুমশাং খুৎতা শূনা ব্রাংঙম

খোয়পুঙ মরৌ চাউনা চয়রে মায়খল কাঙ, মাললও খৈচুপ মরোনমা হুনা খাপাকি নাকলু মোইফাং তমনা পুমলাং চয়খানানা চয়নীরাপাতা খাপা শিশানাপতি পায়মা নিংশা শৎহোননানা পুমলা চয় থাখোনকিপু খাপা লাইখংনারকলে" (পা: খোং:, লা: ৭৫)। "লাই হরাউবা" থৌরম অসি মমাঙঙৈদগী হৌনা পাঙথোক্তুনা লাক্লিবা য়াম্না মরু ওইবা থৌরম্নী। সমাজগী চৎনরোল লাইনীং লীচৎ, শেনমিৎলোন অমদি নাৎ কলচরগা তৎন থানবা য়াদবা মরী লৈনৈ। তাইবং মীওইবা শেন্বা হৌবদগী পোক্লগা শিবা মতম ফাওবদা পাঙথোকপা থবকপু কয়া কুপ্না নৈনরিবা থৌরমনী। মসি নোংপোক নিংথৌ অমসুং পান্থোইবীনা নোংমাইজীংদা পাল্লবা মতমদা ইহান হানবা ওইনা পাঙথোক্লম্মী হায়না ইরি। লাইরেম্মা পাউশা, অনোইরোল, ঔগ্রী খেকোনচিংবা জগোই ঈশৈশিং পাঙথোকপনা মপুঙ ওইবা থৌরম ওইখি। খাব শাগৈনসু নোংপোক অমদি পান্থোইবীগী মফমদা চঙজদুনা খাব ময়ুমদা থৌবম অসি পাঙথোক্লম্মী। অসুম্না লৈবাক চাকহোঙ ঙাহোঙনবা খুনজাউ লৈচাউনবা পাঙথোকপা থৌরম হৌদোকখিবা মখোয় অনীবু লাইগী থাক্তা পুখৎনবগী মবম কয়াগী মনুংদা অমা ওইবসু য়াই। তশেংনমক অসিগুম্বা তোপ তোপ্পা কলচরগী মশক তাক্লিবা থৌরম অসিবু পুথোকখিবা অসিমক শীংথানীঙাই ওইবা পুৱারীগী তাংকক অমনী।

খাব ময়ুমদগী চেনখিদুনা নোংমাইজীংদা পানবা মতমদা মমা মপা অমদি অতৈ অতোপ্পা লাই ময়াম লাক্তুনা মখোয় অনীগী মফমদা হরাউ তয়াম্বা ফোঙদোক্লম্মী। অসুম্না মখোয় অনীবু মতীক মগুন লৈবা মী লাইনচিংবা কয়ানা শৌগৎলম্মী হায়বদু তাকপনী। মসি তোঙান তোঙানবা মিৎয়েংদগী নৈনবা য়াই।

মতীক মগুন লৈবা তাউরোইনাইগী মচানুপী পান্থোইবীগী তৌঙন্বা মতীক মগুন অমদি মাইবী অমা ওইনা মীয়াম্না শীংথানবী নুপী অমা ওইরম্মী হায়বসি মকুবোক খাব শোকচ্রোংবগী ৱাহৈদগী খঙবা ঙম্মী। মকুবোক শিদনা শিরে হায়না মঙোন্দা মীনম্বদগী শাওরদুনা চৎখিগে থৌরাংবা মতমদা মকুনা অথোইবা তমপা খাব যুম লেপ্পীগদবা শাগৈগী কোক্কী লৈতেংনী হায়না থেমজিন্দুনা চৎখিদনবা হায়জরম্মী। খাব ময়ুম থাদোকখ্রবা মমৌ নুপীগী খোঙ্গুল লীদুনা

কান্নদ্রবদা মহাক্লা শীজিন্নরম্বা পোৎলম কয়াবু খুবম য়াদুনা লাৎখিবা অমদি নোংপোক পাম্ভোইবী অনীবু খাব ময়ুমদা কৌরগা লাই হরাউবগী থৌরম পাঙথোকখিবা অসিমক্লা মাগী মতীক মগুন অৱাংবদু তাকই।

অমরোমদা মখোয় অনীবু লাইগী থাক্তগা পুখৎখিবা মরম অসি লৈঙাকলোনগা মরী লৈনৈ হায়বসু য়াই। মনিপুর হায়বা অপূনবা শক্তম অসি শাগৎত্রিঙৈ মমাঙদা তোংঙান তোঙানবা শলাই কাঙলূপ কয়ানা মফম কয়াদা খুন্দাদুনা লৈরম্মী। মরু ওইবা শলাইশিংদি নিংথৌজা (মমৈথংদা মৈতৈ হায়না খণ্ডনখিবা), খাবা ঙানবা, অঙোম খুমন, লুৱাং, মোইরাং, চেংলৈনচিংবনী। নিংথৌজা কাঙলূপ অসি মঙাং শলাইগী মনুংদগী হৌরকপনী হায়বগী খুদম কয়া ফংই। গাংথুমৈ কামৈগী মত অমা থমজরি,

"The Mangang territory formed the core of the Ningthouja Kingdom of the later period" (History of Manipur, Vol. I Pre Colonial Period, p. 73)

নিংথৌজাগী অহানবা নিংথৌনী হায়না থাজনরিবা নোংদা লাইরেন পাখংবনা কংলাগী লৈঙাক মপু ওইদ্রিঙৈদা খাব কাঙবুনা পাল্লম্মী হায়না অখঙ অহৈ কয়ানা মত পী। পাম্ভোইবীগী মকুবোক খাব শোকচ্রোংবা মশামক কংলাগী নিংথৌনী। 'নুমিৎ কাপ্পা' পুয়াগী মতুং ইন্না নুমিৎ সনা খোমদোনবু লাইরেন তাউরোইনাই হায়না পল্লী। সঙ্গাই ফমাং, লাংথাবাললোল লাতম, মৈহৌরোল, মকক লাতম, চেকখোংনচিংবা পুয়াগী মতুং ইন্না তাউরোইনাই অসি পাখংবগী মপানী। চকপা খুন্তা খুম্থোক্কী মতুং ইন্না পাখংবনা খাব নোংচেনবগী মখুত্তা মায়থীবা ফংবদগী মোইরাংদা লোত্তুনা লৈরম্মী। মমৈথংদা অমুক লান হৌরক্তুনা খাব কাঙবু চাইখায়দুনা কংলাদা পানখি। নোংদা লাইরেন পাখংবনা খাব নোংচেনবা অমদি পোইরৈতোন মায়থীবা পীদুনা কংলাদ পানখিবগী ৱাফম লৈ। পূম্নমক অসিনা কংলা হায়রিবা মফম অসি খুৎকন পাঙ্গনবা কাঙলূপ কয়ানা মখোয়গী শক্তি পায়নবগীদমক লেপ্পা লৈতনা লানথেংনরম্মী হায়বগী ময়েক লারবা খুদম্মী। মদুদসু নত্তনা কাঙলূপ কয়াগী মরক্তা মীচঙ চুঙশিন্নবগী কাঙলোন কয়া চৎথরম্মী। মতম অমদা কংলাদা শক্তি পায়রম্বা মঙাং নিংথৌ

ওইরম্বসু য়ারিবা পাম্হোইবীগী মপা তাউরোইনাই অসি মতীক মগুন লৈবা ওইরম্বনা খাব কাংবুনা মখোয়গা অচেৎপা তুংকোইবা মরী থম্মবগীদমক পাম্হোইবীবু মমৌ ওইনীংলম্বসু য়াই। মীচঙ চুঙশিন্নবা অসিসু পুৱারীগী য়াম্না মরু ওইবা খোঙথাং ওইরম্মী। খুদম ওইনা হায়রবদা নোংদা লাইরেন পাখংবনা কংলাগী নিংথৌ ওইনবা হোৎনবদা লুৱাং, অঙোম্নচিংবনা মতেং পাংলম্মী। অসুম্না খুৎকন পাঙ্গনবা মান্নবা পাম্হোইবীগী মপা তাউরোইনাইগা য়েক্লবা থম্বা পামদবা খাব শোকচ্রোংবনা পাম্হোইবীবু থাদোকখিদনবা হোৎনরম্মী। মমৈথংদা উপাই লৈরক্রদুনা মখোয়গী মফমদা চঙজখিবনী হায়বা য়াই। মপা তাউরোইনাই অমদি অতৈ লুচিংবা কয়াগা লোয়ননা নোংমাইজীংদা মীচঙ শেমখিবা অসিনা খাব কাঙবুগা অফবা তুংকোইবা অচেৎপা মরী অমা পাম্হোইবীনা থম্নবা হোৎনরম্মী হায়বগী খুদম উৎপা লাইরিক্নী। গাংমুমৈ কামৈনসু মঙাংগা খাবগা মরী লৈনরম্মী হায়বগী মতাংদা অসুম্না ইরি,

"The Khabas were once a powerful group having occupied and ruled over Kangla before the ascendancy of Pakhangba. They had a long contact with the Mangangs who also occupied Kangla at some point of history" (History of Manipur, p. 73)

অমরোমদা খাব ময়ুমদা লৈরুরবা মতুং অমুক নোংপোক নিংথৌগা পানমিন্নবা পুম্নমক অসি খাবগী শক্তিবু নমথবা পাম্বা কাঙলূপ কয়া মীচঙ চুঙশিন্ননবা শীনবা পাম্হোইবীগী শরৌনী হায়বা য়াই। তশেংবমক খাব কাঙবুনা মহাক্কী মফমদা চঙজখিবা অসিমক মখোয়গী শক্তি হম্মরে হায়বদু তাকপনী। অসিগুম্বা মহাক্কী তৌবা ঙম্বা অসিমক্তা খাব মরাই চায়থহন্দুনা কংলাদা নিংথৌজা কাঙলূপ লিংখত্তুনা মৈতৈ কাঙলূপ শেমগৎখিবা অমদি খুৎকন পাঙ্গনবা পাল্লকখিবগী পুৱারীদা মরু ওইবা থৌদাং লৌরম্বনচিংবা কয়া অসিনা মহাক্না লাইরেম্বীগী ফিদা অসি ফংখিবনী হায়বা য়াই।।

# কংলাগী ফম্বাল অমসুং পীতঙঙা লীকলু লৌথিবী

'নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা' হায়বা লাইরিক অসি মৈতৈ ময়েক্তগী শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা বাঙ্গলা ময়েক্তা ইথোকপনী। চপ চাবা মশুঙ ফারবা ইতিহাসকী পোখোক্লী হায়বা য়াদ্রগসু ইতিহাসকী থৌদোক রাখোক্তা যুম্ফম ওইরগা শাগৎপনী। খৃ: ৫৬৮ দগী ৬৫৮ ফাওবা কংলাদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ উরাকোন্থৌবা অমদি মহাক্কী মচানুপা হোঙনেময়োয় খুল্লাও, নাউথিংখোং হায়নসু খঙনবনা মৈতৈগী নিংথৌ ওইনা কংলাগী ফমবান্দা কাবগী মতাং ফাওবা অমদি মদুগী মরক্তা থোকখিবা থৌদোক রাখোক কয়াগী মরমদা ইবা লাইরিক্নী। নাউথিংখোংগী অহানবা নুপী শেল্লোয় লাংমাই চনু পীতঙঙা লীকলু লৌথিবীনা মৈতৈ নিংথৌগী মহুৎ শিল্লগদবা মপুরোইবগী মখাই কন্নবা হোৎনবদা লৌখিবা থৌদাং কয়া অদুদা যুম্ফম ওইবগা শাগৎপা রারীনী। লাইরিক্কী মতুং ইন্না শাগৎপা রারীগী শম্লপ্পা রারোল মখাদা পীজরি।

নাউথিংখোংনা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদা নোংমাইজীংদা পানবা শেল্লোয় লাংমাই কাঙবুগী অচোং য়িমলেনবা শাগেগী রামৈলাম্বগী মচানুপী পীতঙঙা লীকলু লৌথিবী নুয়াম শাফবীগা লুহোংদুনা য়াওং ইন্দুনা লৈখি। শেল্লোয় লাংমাই কাংবুনসু মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপা নাউথিংখোংনা মখোয়গী লমদা লৈবদু অথিংবা পীরমদে। অসুম্না লাংমাই চনু পীতঙঙা অমসুং মৈতৈ নিংথৌমচানা পুকচেল খোয়জেন তিন্ননা নুংশি চান্ননা যুম পানমিন্নবা চহি অমা ফারক্লম্মী। মতম অসিদা শেল্লোয় লাংমাইগী অথৌবা ময়াম্না খুনফম ঙাংচেং, হাওকপ চীংশাংদা লান তারুনবগীদমক লালগী লাল্লাউগা লোয়ননা মরাঙ হৌনা মনিন নাইনা খোঙশাল্লম্মী। অসুম্না লাকপনা মৈতৈগী লমখৈ ফাওরকপদা খোমগ্পিতোক উঙামফৈ য়ৌরম্মী। মতম অসিদা মৈতৈ নিংথৌ উরা কোন্থৌবগী মনাই নোংবান কদেম শোইশেনবা লুথুমদুনা লৈরম্মী। শেল্লোয় লাংমাইশিংনা মরাং হৌনা লাল লাকপদু উবদা অকি তুজুংবা পোক্লম্মী। শেল্লোয় লাংমাইশিংগী মখুত্তগী মখাই কনজনবা পাম্বে ওইনা মশাদা ঙা অপূম্বা তৈশিল্লগা উনা শেম্বা

খোংফৈগী মথক্তা স্বর থিংনা অশিবা শাদুনা লৈরম্মী। কদেম শোইশেনববু থেংনবা মতমদা তশেংনা শিরবনী খন্দুনা শেল্লোয় লাংমাইশিংনা মখোঙনা কাওদুনা শান্নরগা লাল হল্লকপা মতমদা মঙক কল্লসি হায়নরগা চৎখিরম্মী। মখোয়না চৎখিবগা কদেম শোয়শেনবা চেন্না চেন্না চৎখিদুনা মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্থৌবগী মনাক য়ৌখিরম্মী। নিংথৌগী মফমদা শেল্লোয় লাংমাইশিংনা মাবু থওই উশিত্তনা অমদি লাকচনা তৌরম্বগী ব্বারোল পূম্বা শুগাইনা তন্নম্মী। মৈতৈ লমখৈদা মহাক্কী মনাইবু থওই উশিত্তবা থৌওং চখরম্বগী মওং অদুদা নিংথৌ অদু শাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। শেল্লোয় লাংমাইশিংগী মথক্তা লমন খুম্নবগীদমক কংলাগী পূংজাও থীন্দুনা মীয়াম কৌখত্তুনা লানগীদমক শেম শারম্মী। মহাক্কী লাম্মী পূম্নমক নাপী মরক্তা লোত্তুনা শেল্লোয লাংমাই লাম্মীশিং হল্লকপা ঙাইরম্মী। শেল্লোয় লাংমাইশিংনা হল্লকপদা মৈতৈ লাম্মীশিংনা তান্ন তান্নদুনা হাৎলম্মী। মৈতৈ লাম্মীশিংগী মমাঙদা খাঙবা ঙমদ্রবা শেল্লোয়শিং শমজি খায়দুনা চেল্লম্মী। তান্ন তান্নদুনা হাৎখিবনা শেল্লোয় লাম্মী তরা খক্তং হিংলম্মী। শেল্লোয় লাংমাইশিংগী মথক্তা চৎথখিবা লান অদুগী মতাংবু অসুম্না শৈথারি,

"ময়িম শেল্লোয় লাংমাইদি থাঙঙা মচীংশাং খুনফম মকাইফমগীবু মরান ওন্দেরক মচেঙ হনব্বাইরকলবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা খোয়মা লাংথোং লেঙনোংফম মখুম হাংনা শেল্লোয় নাফা নিক লাংমাই শিফা নীক্লে। শেল্লোয় লানফম ফারে। ইমু নাফা নিক্লা ঈহোং ঈচেন্নরে। ...... লাইরেন মৈদেংঙুনা শেল্লোয় কজেং থাঙয়ান খাক কয়া হেনখিবনো মিৎয়েং শানখৈববু য়াংলৌ লমফাই চেল্লে। খোয়মা লৌহিং শানথুপ্পা শেল্লোয় অখম্বা লংমাই অকোনবা তরাংদং কোল্লৌএ (নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা, লা: ১১-১২)। থৌদোক অসি তশেংনা থোকখিবা থৌদোক অমনী হায়বসি চৈথারোল কুম্বাবদা ইরিবা ব্বাফম অসিনা ময়েক শেংনা উৎলি। লাইরিক অসিদসু অসুম্না ইরি,

"শেনলোই লংমাইনা হাওকপ চীংশাং খুনফম ঙাংচেং লান নাবা লাকপদা উরা কোম্থৌবগী মনাই কাতেম শোয়শঙববু লাকচরম্মে হায়দুনা শেনলোই লংমাইনা হাওকপ চীংশাং খুনফম ঙাংচেং ঙমদুনা হল্লকপদা মৈতৈনা নাগা

মপান্দা লুমদুনা ঙম্না হাৎএ। লানপু অমদগী সুপ্না মী ১০ দা হিংখিএ" (চৈথারোল কুম্বাবা, লা: ৫)। অসুম্না লানফম অদুদগী হিংহৌবা শেল্লোয় লাম্মী তরা অদুনা ময়ুম মরমদম যৌরবদা মৈতৈ লাম্মীশিংনা শেল্লোয়শিংগী মথক্তা লান তাশিন্দুনা হাৎখিবগী থৌওং অদু তল্লম্মী। পাউ অদু তাবদা শেল্লোয় লাংমাই মীয়ামগী মীকপ মীরাওনা নিল্লম্মী। মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্থৌববু পেন্দনা হুন্দুনা ঙাওলম্মী। মমৈথংদা পেন্দ্রবা শেল্লোয় লাংমাই মীয়াম্না মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা লমন খুম্বা ওইনা মাগী মচানুপা নাউথিংখোং হাৎনবা ব্রারেপ্লরম্মী। মতৌ অসুম্না থাঙ তা পায়বা শেল্লোয় অথৌবশিংনা পীতঙঙাগী মফমদা লাক্কুনা উরা কোম্থৌবগী মচানুপাবু হাত্তুনা শেল্লোয় লাম্মীশিং হাৎখিবগী লমন খুল্লগনী হায়রম্মী। মাগী য়ুম কোয়শিন্দুনা লৈরিবা মবুং মপ্পাশিং অদুগী মফমদা মখোয়না লাল চৎপা মতমদা মৈতৈ নিংথৌগী অয়াবা য়াওদনা মৈতৈ লমখৈ ফাওদুনা চৎলুবা মরম চাদে হায়বা ব্রাফম ফোঙদোক্লম্মী। লোয়ননা য়ুম পান্নবা কুইদ্রিবনা মচা পোক্ত্রিবা মতম ওইবনা মপুরোইবগী মথ্বাই কনবীনবা হায়জরম্মী। শেল্লোয়শিংনা মহাক্কী হায়জবা অদু য়াবীবগী ব্রাফম উদ্রবদা পীতঙঙানা লৌশিং অমা পুথোক্লম্মী। পুন্সি চুপ্পগী ওইনা কায়নরগদবা মপুরোইবগা চামিন থকমিন্নদুনা পূকমেন পাউমেন্নখিগে হায়জরম্মী। মবুং মপ্পাশিংবুসু ব্রাংলৈ অথুম্বা থক্কুনা ঙাইহাক পোখানবা থেমজিল্লম্মী। অসুম্না খোয়শাওনরবা অথৌবশিং অদুবু পীজ পীথক তৌদুনা মতম লৌরম্মী। তানজা অদুদা ইমুংদা চঙলক্কুনা লমন খুম্নীংবনা লাঙতক্লরবা মীয়ামগী অপাম্বা অদু মহাক্না থিংবা ঙমদবনা মহাক্না শীল্লিবা থৌরাঙ অদু মপুরোইবদা খঙহল্লম্মী। য়ুমগী ফকলাং লেনথৎলগা মদুদা লিৎথোক্কুনা চেলহনখিনবা থৌরাংলম্মী। মহাক্না মপুরোইববু মপা নিংথৌ উরা কোম্থৌবগী মফমদা চঙলুদনবা পাউমেনবগা লোয়ননা খা পাংনা চৎলগা লৈবা খুমনগী নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবগী মফমদা চঙজদুনা শাইদাংলুনবা তাক্লম্মী। পূক্লীং নুংশি নুংওন্না কায়নরমদাইগী মতমদা নাউথিংখোংনা কংলৈগী নিংথৌ ওইরবা মতমদা মাবু কাওবীদনবা হায়জরম্মী। নাউথিংখোংনসু মহাকপু নীংশিংদুনা ঙাইরম্নবা পূকমেন পাউমেন্নরম্লগা চৎখিরম্মী।

অসুম্না নাউখিংখোংনা মশানৌ লীকলু লৌখিবীগী মতেংনা ফল্লাং লিংলগা শেল্লোয়শিংগী মখুত্তগী নাম্নোক্তুনা চেনখ্রবা মতুংদা শেল্লোয়শিংনা মৈতৈ নিংথৌমচা অদুবু হাৎনবগী থৌরাংগা লোয়ননা খোঙ হাংদোক্তুনা মনুং চঙখিরম্মী। মখোয়না পামলিবা মীশক অদু খেংনদ্রবদা পীতগুঙাগী মফমদা মপুরোইবা অদু মখোয়গী লমদা লোত্তুনা থম্বা য়ারোই হায়দুনা পুখোক্লক্লবা তক্লরম্মী। মতম অসিদা পীতগুঙানা শেল্লোয় মশা-মশন, মবুং-মপ্পাশিংগী মফমদা মখোয়না মশাদ্দা তা থৌশাবা অমদি থাঙ হাইবনচিংবা তৌদুনা লাঙবা তাবদগী মপুরোইবা অদু লোন্না নাম্নোকখিবনী মহাকসু খঙহৌদে হায়না পাউখুম্লম্মী। খোয়শাওনরবা শেল্লোয়শিংনা য়ুমখোঙ খৃদিং, লোক খৃদিং অমদি চীংশাং নাপোম খৃদিং চায়খায়দুনা থিরবসু থিবা ফংখিদে। অমরোমদা মৈতৈ নিংথৌমচা নাউখিংখোং খা পাংবরোমদা মথং মথং লাক্তুনা খুমন নিংথৌ অদোন পুনশি য়ুমোইবগী লমদা থুংলম্মী। খুমন নিংথৌনা শেল্লোয় লংমাইগী লমদা য়াওং ইন্দুনা লৈবা মহাক্না খুমদ্দা লাকপগী মরম হংলম্মী। মথাংথক্তা খোকখিবা বারম পূম্নমক তম্বগা লোয়ননা মশানৌ পীতগুঙাগী পাওতাক মতুং ইন্না মশা মৈতৈ নিংথৌগী মফমদা চঙবগী মহুত্তা খুমনগী মকাদা চঙজফম লৌরবনী হায়রম্মী। বারোল অদু তারবা মতুংদা খুমন নিংথৌনা মহাক্না মতম কুইনা লৈমিন্নরসি হায়বা বাফম থম্বগা লোয়ননা থৌজানবীরম্মী। অসুম্না চহী অমা চুপ্পা খুমনদা লৈবা মতমদা মশানৌ পীতগুঙাগী বাখলদা লুপ্তুনা লৈরম্মী। মরম অদুনা নোংমতা নোক্না খেনা হৱাওনা লৈবগী মহুত্তা নুংশুক নুংজাননা লৈরম্মী। মহাক্কী মতৌ উবদা খুমন নিংথৌগী পূক্নীং য়াম্না বারম্মী। মহাক্কী বাখল পূক্নীং নুংঙাইনবগীদমক উপাই ওইনা মচানুপী খুমন চনু কৈরুংহাঙবীগা লুহোংবীরগে হায়না খুমন নিংথৌনা মহাকী অশুম অথৌশিংগা বা তানরম্মী। অসুম্না নাউখিংখোংগা কৈরুংহাঙবীগা লুহোংদুনা তগুদু লৈতানা নুংশি চান্নরা লৈমিন্নরম্মী।

মতম অসিদা মোইরাংদা সনা লাকখানা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। মোইরাংদা খুন্দাদুনা লৈবা খুয়োন কাঙবুনা ঙাকশেন্দুনা থম্বা লাইওইরবা তেসাবা কৌবা বা ময়াম য়োক্তুনা থম্বা বাপন লৈরম্মী। অসিগুম্বা লাইওইরবা

ব্রা পাম্বীশিং অসি ব্রা পূম্নমক্কী নিংথৌনী হায়না থাজনবগা লোয়ননা মীওইবা অমদি শা-ষননচিংবনা শোক্তনবা ঙাকশেল্লম্মী। হায়রিবা ব্রাশিং অসিবু হোঙবগী কুম্মৈ চহী খূদীংগী পাঙথোক্লম্মী। নাউথিংখোংনা খুমনলমদা কৈরুংহাংবীগা লোয়ননা পীতগুণ্ডাগী ব্রাখল মমি খর খর শামলক্লুনা লৈরিঙৈ মতমদা মোইরাংদা মহৌশাগী মতৌগুম ব্রাহোঙবগী কুম্মৈ অদু পাঙথোক্লম্মী। অসিগুম্বা থৌরম অসিদা মোইরাং নিংথৌনা খুমন নিংথৌদা য়াওবীনবা হায়জরকপদগী মমাক ইবুংঙো নাউথিংখোং পুদুনা মোইরাংগী ব্রাহোঙ কুম্মৈ য়াওবা চৎলম্মী। মতীক মগুন লৈরবা মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্থৌবগী মচানী হায়বা খঙলবদা মচা নুপী নামুন চাউবীগা লুহোংদুনা খুমন নিংঙোল কৈরুংহাংবীগা মচিন মনাওগুম নুংশি চান্ননা লৈমিন্ননবা খুমন নিংথৌগী মফমদা হায়রম্মী। অসুম্না খুমন নিংঙোল অমদি মোইরাং নিংঙোল অনীমক্কী মপু ওইদুনা খুমন্দা লৈরম্মী। ব্রাখল লৌশিং চাউরবা খুমন নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্থৌবা অহল মতম ওইশিল্লকপনা মরম ওইদুনা মমাক নুপানা নিংথৌ ফম্বাল কাগদবা মতম নকশিল্লক্লে হায়বসি খঙলম্মী। মরম অদুনা মৈতৈগী লৈঙাক্লোন অমদি অতৈ হীরম কয়া মমুৎ তানা খঙনবগীদমক লুব্রাং নিংথৌ পুনশিবগী মফমদগী তমলুনবা লুব্রাং লমদা থাখিরম্মী। নাউথিংখোংনা লুব্রাং লম য়ৌরবদা নিংথৌগী মফমদা মহাক্লা লাকপগী মরম পূম্বা শুগায়না পীরম্মী। অসুম্না লুব্রাংলমদা মৈতৈ নিংথৌমচা নাউথিংখোংনা মহাক্কী তালোয় অনী অমদি মনাই মশনশিংগা লোয়ননা লৈরম্মী। মহাক্লা লুব্রাং লমদা লৈরিঙৈদা অব্রাবা থৌদোক থেংনরম্মী। অহানবদা লুব্রাং নিংথৌ তাইবংপান থাদোকখিরম্মী। মথংদা মশামক্কী মচানুপী অহন নোংমৈ শীংজংনা পান্দুনা শিখিরম্মী।

অসুম্না মহাক্লা অব্রাবা থৌদোক কয়া মায়োক্লদুনা লুব্রাংলমগী পামং খুন্দা লৈরিঙৈদা মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্থৌবসু তাইবংপান থাদোকখিরম্মী। মহাক্কী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং অদু লপলেন কাদা থম্লম্মী। মৈতৈ লৈমা খাবরোন নোংচেংশুনা মৈতৈ নিংথৌ লৈত্রবদা হাঙলবা ফম্বান অদুগীদমক নুংনাংবা ফোঙদোক্লুনা তেংথা নাওইনা কপ্লম্মী। উরা কোম্থৌবগী অহানবা মচানুপা অহন য়োইনাউহন অহনবা মমিৎ উরমদে। অনীশুবা মচা য়োইচারোন হকচাং

শোইনাইবা অমা ওইরম্মী। মরিশুবা মচা অদুসু ফীবম চাদবা মওংদা মবুক কংলম্মী। মরম অদুনা মখোয় অহুম অসি কংলাগী ফম্বান্দা ফম্বগী হক লৈরমদে। মরম অদুনা মৈতে লৈমা খাবরোন নোংজেংশুনা অঙম অথৌশিংগা তানরবা মতুংদা লুব্রাংগী পামং খুন্দা লৈখিবা অহুমশুবা মচানুপা নাউথিংখোংবু কৌরুনবা মনাইমশনশিং থাখিরম্মী। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"...... ইদাইরেম পোইরৈ খুনফাংথৌ তয়ম নাইবংথৌশিংও! লাইরেন ইশাবিদি কোরৌ নোংগারে, তুবী ফমমোইমিৎতি হাঙফরোই ফলাংমৈদি তিংফরোইএ। লাইরেন ইপারি সনা খোমমাহন, মচি য়োইনাউহন অহনববু ফম্মোইমিৎতা ফমহনসে হায়বসু চেংলৌ মঙম শোয়এ ফল্লাংমৈবু তোংফরোইএ। ইপারি য়োইচারোন অব্রাং লাংবা লৌপুংফৈ তোংবসুঙ শমু পাংশোই নীকএ। ফম্মোইমিৎতা ফম্বাল তুমবা লানলোই চীংঙা লৌখোং তেংবসুঙ পায়মা মবুক কংএ। মাসুঙ ফম্মোইমিৎতা ফমফরোই। ইদাইরেনশিংও লাইরেন ইপারি সনা থাঙব্রাইগী চীংবন খোম্মুক অঙল্লা মমাঙ শাৎকবরা শাৎতবা হুইয়াই লীকলু অথেঙঙা মতুং কুইনা ফুয়গবরা ফুয়দবা ময়িম শেল্লোয় সনাচিং লংমাই তরঙচীং খুৎশাদা য়োয়বু ইহুইরোন লংমাই পীচঙঙা লীকলু লৌখিবীদা নুয়িনববু লৈবনে। ময়িম শেল্লোয় লাংমাইনা তাউবা কাঙদেন শেল্লোয় মথি নাইরবগী লাইরেন ইপারিনা লংমাই নমদা হুল্লমলে হায়এ। পারি লংমাই চেনলৈ য়াঙবা নোংয়ায় লাংগোন শোয়দবা নুংবান নাউয়োকফববু পামং মরানয়ায়দা অহোঙ লৈরেন খৈনা য়াংগোইববু লৈবনে। পারি হোঙনেময়োয় খুঞ্জাউবু থুনা পাউকৌরুও। ফম্মোইমিৎতি মানা ফমঙৈনে, ফলাংমৈদি মানা তোংঙৈনে হায়না পাওমেল্লবদা মদাইরেম পোইরৈ খুনফাংথৌ তয়ম নাইবংথৌনিশংনা মৈদিংঙু মদাইরেম মচেঙ কাইরৈ য়েনহোইরোয় অনং ফিহাইরোয়শিংবু থৌশীখিয়ে" (নাউ: ফ: কা:, লা: ৭০-৭১)। অদুদগী মরোই মনাইশং অদুনা পামং খুন্দা লাক্কুনা নাউথিংখোংগী মফমদা ব্রারম পুম্বা তম্বগা লোয়ননা মৈতৈলমদা লাক্কুনা নিংথৌ ওইবীনবা হায়জরম্মী। ব্রারম পুম্বা তারবা মতুংদা মরোই মনাই ময়ামগা লোয়ননা নাউথিংখোং মৈতৈ লমদা লাক্লম্মী। কংলাদা থুংলবা মতুং নুমিৎ মঙানী লৈরবা ঈরাৎ থৌনিবগী থৌরম

পাঙথোকপগা লোয়ননা নাউথিংখোংনা মৈতৈ নিংথৌ ওইনা ফম্বান তোংবগী থৌরম পাঙথোক্লম্মী। মসিগী মতুংদা মপাগী মথৌ মঙম পাঙথোক্লম্মী।

মৈতৈ লমদা নাউথিংখোংনা মৈতৈগী নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক মরা তপ্পা চাকহোং ঙাহোংনা পানবা হৌরক্লম্মী। অদুবু নাকন অমরোমদা শেল্লোয় লমগী লাংমাই চনু পীতঙঙা লীকলু লৌথিবীনা মশাবী নাউথিংখোং হল্লকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী। মশাবীনা মৈতৈ নিংথৌ ওইবগী পাউ তাবদা মপূক্লীং নুংশিরম্মী। মহাকপু শোয়দনা নীংশিংবীরমগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা অমগা লোয়ননা শম অমদা শিং, য়েঙ্খাংনাপীশিং অমদি চাকয়োম হাপ্তুনা মৈতৈ লম য়ৌনবা লাক্লম্মী। কৌনুং য়ৌরবদা ফজবা অনৌবা ফিজেৎ লৈতেং হোংদোক্লগা নিংথৌনা লৈরিবা মফম য়ৌনবা চঙলক্লম্মী। অদুবু মহাক্লা খনজরম্বগী ওন্ন তৈনবদা নাউথিংখোংনা য়েত্তা ফমদুনা মাগী ওইদা মৈতৈ লৈমা কৈকুংহাংবীনা লৈতেং ওইদুনা অঙম অথৌ কয়াগা লোয়ননা লপলেন কাদা ফমদুনা লৈরম্মী। পীতঙঙাবু উবদা নাউথিংখোংনা মহাক্কী খ্বাই পূম্নমক্তগী নুংশিজবী অমা ওইবগা লোয়ননা মাবু মমা অমগুম্না য়োকপীরকপনী হায়না শীংথারম্মী। লোযননা মাগী য়েত্তা ফমদুনা লৈবাক ঙাকপগী থৌদা পাঙথোকমিন্নসি হায়খিবগী মতাং পনবা য়াই,

"লাইরেন মৈদিংঙুনা মশানৌ নোংবাল্লোন পীতঙঙা লীকলু লৌথিবীবু মিৎয়েং আথা কায়, নুংশি ইথক হৌনা পাউকৌঙম্মে। শানৌ নোংবাল্লোন পীতঙঙা নুংশি কাউঙমদবী থব্বায ইমিরেন অচেৎপী পল্লেম পীথাঙশিন্না নাউয়োকলকপী নঙবু লাউ-ও। লাইবেন ননেমমচা ঐগী শবেন য়েৎলম ফমলরো, পোইরৈ লৈপাক ঙাকমন্নরসে" (নাউ: ফ: কা:, লা: ৮৩)। মহাক্লা নীংজরম্বা পূম্নমক তাইওন্নরবদা পীতঙঙা লীকলু লৌথিবী অমুক হিংদুনা লৈবগী থৌনা মাঙখিরম্মী। মথন্তা মকোক য়েশিনজদুনা থব্বায় থাখিরম্মী। মহাক্লা মৈতৈ নিংথৌগীদমক অব্বা অনা খাঙদুনা কৎথোকখিবা পূম্নমক অদু নীংশিংদুনা নোংমাইজীং চীংখোঙদা লৈবা চীংগোই তুরেল মনাক্তা মফম অমা শেমদুনা পীতঙঙাবু লাইরেম্বীগী থাক্তা পুখত্তুনা ঈরাৎ থৌনিবগী থৌবম পাঙথোকলম্মী।

'নাউথিখোং ফম্বান কাবা' হায়রিবা লাইরিক অসিদা পীতওঙা লীকলু লৌথিবীবু নুংশিবা অমসুং কল্লোকপগী সিম্বোল অমা ওইনা য়েকই। নুপী ওইবীশিংগী হককীদমক মতীং থোক্না লানথেংনরব্নী নুপী অমগী শক্তম্নী হায়বা য়াই। নুপানা মপু ওইবা মৈতৈ সমাজগী চৎনরোলদা নুপী লোনবগী চৎনবী লৈরম্বনা নুপা কাঙলূপ্না নুপী ওইবীশিংবু হম্বনা য়েংবীবগা লোয়ননা নুংশিবগী মমল খঙদবা পূম্নমক অসিবু তেমশিংঙনখিবগী খুদম পীতওঙাগী মফমদগী ফংই হায়বা য়াই।

নুপী ওইবীশিংনা ফম্বান্দা ফমদুনা লৈঙাক সাসনগী থবক্তা মায়পুননা য়াওবগী হক লৈরমদ্রবসু অরু অরুবা মতাং কয়াদা নুপী কয়ানা কৎথোকপা ঙম্বগী থৌনাগা লোয়ননা শরুক য়ারম্মী। মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্বৌবগী মহুৎ শিনবা য়াবা মচানুপাদি শেল্লোয়দা পীতওঙা লীকলু লৌথিবী লৌদুনা য়াওং ইল্লগা লৈরিবা হোঙনেময়োয় খুঞ্জাও হায়বদি নাউথিংখোংদমক ওইরম্মী। মরমদি মহাক্কী অতোপ্পা মচীন মনাউশিং অদু মীওই লাল্লুপ চাদবা মরম্না নিংথৌ ওইবা য়ারমদে। অসিগুম্বা লৈঙাকলোনগী অকুপ্পা কাংলোনশিং অসি পীতওঙানা মমুৎ তানা খঙলম্মী। মরম অদুনা মশাবী নাউথিংখোং কন্নবা হোৎনবদা মীৱা মীশা কয়া মায়োক্নবা তারম্মী। মৈতৈ নিংথৌগী লাম্মীশিংনা শেল্লোয় লাংমাইশিংবু তমথীনা হাৎতোকখ্রবদা মৈতৈ নিংথৌমচা নাউথিংখোংবু হাৎলগা মপা নিংথৌগী মথক্তা লমন খুমগে হায়না তেমশিংলক্লম্মী। মতম অদুদা পীতওঙানা মশাবীগী মথ্বাই কন্নবগীদমক শেল্লোয় লাংমাই মবুং মপ্পাশিংদা মোইথেম তৌরম্মী। শেল্লোয় মবুং মপ্পাশিংদা য়ু পীথক্তুনা থেন্নগা নাউথিংখোংবু লোন্না ফক্লাং হোগায়রগা খুমন লমদা চেলহনখিরম্মী। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"লাইরেন মনেম মচাবু শেল্লোয় ইচীংশাং লাংমাই পনম লানয়ানফমদা থাঙলেন মখুমহাং লাংগোই য়াইবী কলহৌ নিকলবদা নোংবাল্লোন পীতওঙা লীকলু লৌথিবীনা পিরেম খকমাতা হেকঙাই নুংয়েংচেংনা ৱাহমখিয়ে তোইগীদি ইপন তাউবা কাঙদেন শৃবাশিংও। চীংশাং নখোয়না খোকলোইহৌ থাঙলেন খেরাংথাং চুং, লোং, থাকুপ হৌনা ইদু য়াইবী কলহৌনিকপশিংও নঙখোয়বু ঙাইরখিও। অঙৌবা পুবৈরোম্বা ৱাংদৈ খুন্দা য়ু, শীংথাঙ খনফৈ নানম য়ু য়ুঙৌ

পুনচা ওৎফববু লৈয়ে। নমোম শংলৌ ইথৌরাঙ য়েল্লাং ইঙমদম ইঙমদম, ৱাংলৈ অয়াকপা হাওদৈ অথুম্ববু লৈএ। ৱাংলৈ চীনখুনমবু য়োংখিও ......
লাইরেন মৈদিংঙুদি ফকলাং লোনজা মতাই কাঙ, পরৈ হোংলা থৎনা য়িমলেন শাইগং পোন্না লিৎ শেল্লোয় চীংশাং নাপোম শমনা তুবী ওকলেন পনঙমখি, লাইরেন পনলিৎখি থিংলৌ পনচোংখিরে হায়দবরা?" (নাউ: ফ: কা:, লা: ১৮-২৫)। করিগুম্বা নাউথিংখোংনা শেল্লোয় লাংমাইশিংগী মখুত্তা মথ্বাই মাঙখিরম্বা থোক্লবদি মৈতৈ লমদা উরা কোম্প্লৌবনা শিরবা মতুংদা নিংথৌ ওইবীনবা মীশক লৈতবদগী পুৱারীগী খোঙচৎ তোপ তোপ্পা নাকন অমদা নাথৈদুনা চৎখিরম্বসু য়াই। য়াম্না শম্না হায়রবদা পীতঙঙা লীকলু লৌথিবী মৈতৈগী পুৱারী শেমগৎপদা মরু ওইবা থৌদাং লৌখিবী নুপীশিংগী মরক্তা শীংথানীংঙাই ওইবী অমনী। তোঙান তোঙানবা খুৎকন পাঙ্গনবা কাঙলূপ কয়ানা মাগী মাগী ফীবম শেম্নদুনা অমনা অমবু নমথনবা হোৎনবা অমদি অমনা অমগী অচেংবা, অশোনবা তানজা যেংদুনা খুদুম চনশিন্নবা হোৎনবগী অতৎ অখম লৈত্রবা লাল কয়া শোক্লরম্মী। অসিগুম্বা লুরবা তানফম অমদা পূম্নমক্তগী খুৎকন পাঙ্গনবা কাঙলূপ্নী হায়না লৈরিবা মৈতৈ লমদা নিংথৌ পান্দবগী কাংখোং চাইবা য়াবগী ফীবমদগী কনখিবী থৌনা ফবী নুপী অমনী হায়বা য়াই। পীতঙঙা লীকলু লৌথৌবীগী কখোকপা পূকচেল অমদি হৈশিংবা মতৌনা শেল্লোয় লাংমাইশিংগী থম্মোইবু খুদুম চল্লম্মী। অতোপ্পা কাঙলূপ হায়বদি মৈতৈ নিংথৌমচা নাউথিংখোংনা মহাকপু লুহোংদুনা লৌরগা শেল্লোয় লাংমাইদা য়াওং ইন্দুনা লৈবদা অথিংবা অমত্তা পীরমদে।

মহাক ৱাখল লৌশিং চঙখোনবী অমা ওইবগা লোয়ননা পোরম পোমিং খঙবী অমনী। মপুবোইবা নাউথিংখোংগী থৱায় কন্নবগীদমক শেল্লোয় মবুং মপ্পাশিংদা মোইথেম তৌরম্মী। মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্প্লৌবনা শেল্লোয় অথৌবা ময়াম হাৎখিবগী লমন খুম্নীংবনা ঙাওরবা শেল্লোয় মবুং মপ্পাশিংগী মফমদা কায়নরগদবা মপুরোইবগা চামিন থকমিন্নবা হায়জবগা লোয়ননা পানগী মহুত্তা নুং ওইনা ফুত্তুনা মতম লৌনবা লৌশিং তৌরম্মী। অসুম্না নুং ফুৎলঙৈ মতমদা ফকলাং লেনখায়রগা মপুরোইবা চেলহনখিনবা পোরম য়াৎলম্মী। মতাং অসিবু

অসুম্না শৈথারি,

"...... থৌদু খুৎপায় থোকফবা, চেঙজা নুংলেন অকুপ্পবু সারেন ওইনমফুদা শীংবী মকারাম, লাইজা ঈশৌলাংনা লোনশিন্নখিয়ে। অদু চীংশাং খোকলোয় হৌবা মপন তাউবা কাঙদেন শুবশিংদা অনৌবা অমরক হন্না পাওমেনজখিয়ে। ইদু লাংমাইচা পাখংশিংও ঙাইরখিও। তাংখুন পানপী মুন্দরিয়ে। পূক্লীং নুংশি চঙনবা খোয়বুং মরৌ চাউহৌরে হায়দবরা?" (নাউ: ফ: কা:, লা: ২০)। মপুরোইবা নাম্বোক্তুনা চেনখ্রে খঙলবদা শেল্লোয় মবুং মপ্পাশিংনা অশাওবগা লোয়ননা নাউথিংখোং পুথোরক্লবা চৈব থাংবনচিংবা কয়া অদু নুপীমক ওইরবসু মায়রোং য়াবা ঙমখি। অহোইনদুম মখোয়না লাউখোংবা অমদি লাঙবগী মখোল অদুনা মরম ওইদুনা চেলহনখিবনী হায়বগী মতাংদা অসুম্না ইরি,

"ইপন শেল্লোয় মনিন নাই ইদু লাংমাই মরাঙ হৌবশিংও চীংশাং নঙখোয় লোইনা হৌ, তাউবা কাঙদেন শূ, তিমেন ঙানোয় চোং, থাঙলেন খেরাং থাংনা ইদু লাংমাই নরাঙ হৌ, ইপন শেল্লোয় নথিনাইববু লাইরেন ইনেম মচানা তারবগী শেল্লোয় পনচোংখি লংমাই পনশিখিবদি নমোম ঐসুং তুবী থিংলৌ পনচোং লম লাইরেন পনথিৎ ফমবু খঙলৌদে। ইদু নশুংলাং ইপন নঙাইনে। নমোম ঐঙোন্দা চীনগোই য়াম্না পাওমেল্লগুনো" (নাউ: ফ: কা:, লা: ২৬-২৭)। অসুম্না মহাক্লা মীৱা মৈশা, মীচৈ কয়া তাজরবসু মহাক্লা মপুরোইবগী মথাই কনখিবা অসি মহাক মশাগী কান্নবা অদুখক্কী ওইরমদে। শেল্লোয় লাংমাই কাঙলূপকী ওইনসু য়াম্না কান্নরম্মী। মরমদি মতমদুদা শেল্লোয় লাংমাই কাঙলূপ অসি মৈতৈগা য়েংনবদা খর নোপ্পলম্মী। লাম্বা পানবা মতমদা খর শোনবগী ফীবমদা লৈরম্মী। অসিগুম্বা ফীবম অসিদা শেল্লোয় কাঙবুনা উরা কোম্হৌবগী মথক্তা লমন খুল্লিবনী হায়দুনা মৈতৈ ফম্বালগী তাঙলবা লন ওইরিবা মীশক অমবু হাৎপা হায়বসি মৈতৈ নিংথৌদা লাল শীঙনবা ওইরম্মী। মদুগী মহৈ ওইনা শেল্লোয় লাংমাই অমদি মৈতৈগী মরক্তা অকনবা লানফম অমা শোয়দনা শোক্লরমগনী। মদুমক ওইরবদি মৈতৈশিংগী মখুত্তা শেল্লোয় লাংমাই তুমখিরম্বা য়াই। অসিগুম্বা অকি তুজুংলবা পুৱারীগী তাংকক অমা ওইরম্বা য়াবা ফীবম

অদিসগী পীতঙঙানা কনখি হায়বা য়াই।

লৈঙাক সাসনগী থবক্তা নুপী ওইবীশিংনা মায়পুননা য়াওবা য়াবগী হক লৈরমদ্রবসু লৈঙাকলোনগী অকুপ্পা কাঙলোন কয়া মমুৎ তানা পীতঙঙানা খঙলম্মী। কাঙলূপ কয়ানা মাগী মাগী ঙমখৈ ঙাকপগী কাঙলোন ওইনা কাঙলূপ অমনা অতোপ্পা কাঙলূপ অমগী লমখৈ লান্না চঙবগী অথিংবা কয়া লৈরম্মী। অসিগুম্বা চৎন কাঙলোন অসিবু থৌশাদনা মৈতৈ লমখৈ লান্না খুনফম ঙাংচেং হাওকপ চীংশাংদা লান্দাবা চৎপদা মৈতৈ নিংথৌগী অয়াবা লৌখিদবা অদু অরানবা থবক্নী হায়না শেল্লোয় লাংমাই অথৌবশিংদা মহাক্না ফোঙদোকখি। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"ইপন শেল্লোয় অয়াওবা ইদু লাংমাই অথৌবশিংও নঙখোয়না চীংশাং পনগা লাউ তাউবা কাঙদেন শূনা য়িমলেন শাইগঙ কোয়বা অসিবু ইপন শেল্লোয় নখোয়গী মাকলৌরেন ইদু লাংমাই নখোয়গী শেনলৌরেন লাইরেন ইনেম্মচা লোকয়ি শেল্লোয়নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবা অসিবু লাইবেন মপা মৈদিংগু ঊরা কোম্থৌবনা কৌবা ঈরোং থোংদা শেল্লোয় লানয়াম থা লাংমাই লানগা মাঙহল্লে হায়বা অসিবু শেল্লোয় পূম্না থূপনা লাংমাই লানচৎ ব্রাবু হুয়েন লানপাউ চেল্লুদে" (নাউ: ফ: কা:, লা: ১৫-১৬)। অসুম্না কাঙলূপ অমগা অমগা য়েংথীনবা য়াবা থবক থৌওং কয়া অদুগী মায়োক্তা লৈ হায়বদু উৎলি। নুপীমক ওইরবসু অচুম্বগীদমক থৌনা ফনা লেপ্পা ঙম্মী। মৈতৈ কাঙলূপকী মরা চেৎপা ফীবম অমা শেম্লবগীদমক মতম কুইনা মপুরোইবগা শেৎনা খাইনবগী মৈশা খাঙদুনা লৈবা ঙমলম্মী। মপাঙ্গল কনবা শক্তি লৈবা মৈতৈ কাঙলূপ শেমগৎপগী মরু ওইবা শরুক অমা ওইনা খুমন অমদি মোইরাং চারৌ মৌরৌনবগী মতাংদা মহাক্না অয়েৎপা পীরমদে। মৈতৈগী ফম্বান্দা নোংমা শোয়দনা ফল্লরগদবা মশাবী নাউথিংখোংবু মতীক মগুন লৈবা নিংথৌ অমা ওইনা শেমগৎনবা লম্বী অদু মহাক্না য়াংখি। মহাক্নী লমজিং লমতাক মতুং ইন্না নাউথিংখোংনা শেল্লোয় অথৌবশিংগী মখুত্তগী নাম্থোক্লবা মতুংদা মপা নিংথৌগী মনাক্তা চৎপগী মহুত্তা খুমন্দা চৎখি। খুমন্দা চৎলবা মতুংদা খুমন চনু কৈরুংহাংবী অমদি মোইরাং নিংথৌ মচানুপী লৈমা নামন চাউবীগা লেুহোংদুনা খুৎকন পাঙ্গল্লবা খুমন অমসুং

মোইরাংনা মাগী পাম্বোম পাঙ্গল ওইদুনা তুংগী ফীবম শেম্বা ঙমখি। পূম্নমক অসি ওইনবা হোৎনবদা পীতঙঙা লীকলু লৌথিবীগী থৌদাং য়াম্না চাউনা লৈ হায়বগী মতাং য়াওই,

"তুবী নঙনা শেল্লোয় পনচোংখি লাংমাই পনলিংখিরবদি পোইরৈ নপন লম, পংলৈ ময়ায়রেন, লাইরেন মপা মৈদিংঙু উরাকোন্থৌবদা ৱাইথুংলুগনো। নমায় হাওরৈ খানা পাংবরম নোংয়ায় খুমন নিংথৌ মপন ঙাননু লৈমাচা থৌবাল নিংথৌ চনু পুংখঙবী পায়মা লিনগোয়গী অদোন পুনশি য়ুমোইবদা ৱাইথুংলু-ও। নোংয়ায় মাঙোন্দা চাকতাংলু-ও। অদোন মাঙোন্দা য়ুমগারুও" (নাউ: ফ: কা:, লা: ৫২)। মহাক্না মশাবীবু মপাগী লমদা থাখিদবগী মরমদি মতমদুদা মপা মচাগী মরী ফনা লৈরমদে। মদুগীসু মথক্তা খুমনগা অচেৎপা মরী থম্বা অমদি মীচং চুংশিন্নবগী তঙাইফদবা অদু মহাক্না খঙলম্বগী খুদম্নী। নাউথিংখোংনা খুমন্দা শাইদাংলুবা অদুনা মঙোন্দা কান্নবা য়াম্না ফংখি। মোইরাংগা অচেৎপা মরী থম্বগা লোয়ননা খুমন নিংথৌনা শীনবীদুনা লুৱাং নিংথৌগী মফমদা লৈবাক ঙাকলোনগী অকুপ্পা কাঙলোন কয়া তমখি। খুমন নিংথৌনা মহাকপু লুৱাং নিংথৌগী মফমদা থানবা থৌরাংবগী মতাংবু অসুম্না শৈথারি,

"...... হয়েং ফম্মোই মিৎতা ফম ফল্লাংমৈদা তোংনা পোইরৈ খুল নিংথৌবু ওইঙৈনে। হাওরৈ অৱাং লাইনা পাংবরম ময়ু নুংবান হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুনশিবদা শিওংহনগে হায়না অনৌবা শংলৌ ঙমদমখিয়ে, য়েল্লাং থৌরাঙলে" (নাউ: ফ: কা:, লা: ৫০-৫১)। অমরোমদা পীতঙঙা লীকলু লৌথিবীনা মশাবীগী মতুং ইন্দুনা চৎখিদবা অমদি নাউথিংখোংনা মৈতৈগী ফম্বান্দা ফমদ্রিবা মতম ফাওবা শেল্লোয় লাংমাইদা মীনোক মৈশা খাঙদুনা লৈখিবা অসিমক মহাক্কী হৈশিংবা থৌরাঙ অমনী হায়বা য়াই। মরমদি মহাক্না মপাম লমদম থাদোক্লবদি মৈতৈগা শেল্লোয় লাংমাইগা অনীগী মরক্তা ফত্তবা মরী লৈরম্বা য়াই। তশেংনমক কাঙলূপ অনীগী অচেৎপা মরী থম্নবগীদমক মহাক্না অৱাবা খাঙখিবগী মমি তাই। অসুম্না কাঙলূপকী ওইবা অরেপ্পা লৈতনা শোক্লবা লানফম কয়াদা মাঙ তাক্লবগী মশক ওইরবা অকি তুজুংলবা পুৱারীগী তাংকক কয়ানা শোকহল্লবা মীয়ামগী মহুৎ শিন্দুনা মদুগী মায়োক্তা লেপখিবগী খুদম্নী।

মতম কুইনা কায়নরবসু মশাবীগী মরমদা লেপ্পা লৈতনা অকুপ্পা পাউ লৌদুনা লাকখি। উরা কোঙ্খৌবা শিরবা মতুংদা মশাবীনা মৈতৈ ফম্বান কারে তাবদা মহাকপু নীংশিংবীরমগনী অমদি মহাক্কী মফমদা শক্লশ্বা ব্রাশক কাউরমখিরোই হায়বগী অচেৎপা থাজবা থমদুনা মথম্মোই ফাজিল্লম্মী। হায়নখিবা ব্রাফম ঙাক্তুনা থম্বা অমদি তৌফম থোকপা মথৌ পাঙথোকপা ঙমদ্রিবা ফাওবা অপাম নুংশি ব্রাখল থাদোকপগী অখাঙকনবা পূকচেল অদু মপুঙ ফানা পীতঙঙাগী মফমদা লৈরম্মী। ব্রাশক ঙাকপা অমদি থাজবা থম্বগী গুন চপ চানা য়াওবী নুপী অমনী হায়বগী মতাং অমা পনবা য়াই,

"লহান খোয়মা ঈহৌরকঙৈগী নুরা লাংচেং ঈকারকঙৈগী ইপন ফৈরা তাজিন থক ইফু লোকলৌ তুচিনথক্কী লমওক্লবা লোইদাম য়াওব্রা থাপুরৈবু লৈবাং হান্না খঙনবা থংলেন ব্রারাংখাম, মৈদিংঙু ইনেম মচা লোকই শেলোইনাইনা লাহন শেল্লোয় নুয়িল্লা লাংমাই তেংনা য়িমকারিঙৈগী নুংশি কোল্লোয় ইপাওমেন কোঙ্গোই ইব্রারেপ নুংওনববু লাইরেন ইনেম মচানা পূক্লীং ব্রাকাউঙমলোইএ" (নাউ: ফ: কা:, লা: ৮০-৮১)। মহাক্লা কোনুংদা লাকখিবা অদু লুহোংলবা নুপী অমনা মহাক্কী মপুবোইবগী মফমদগী ফংফম থোকপা হক অদু থৌনা লৈনা তানবা লাকখিবগী মতাংনী হায়বা য়াই। মাবু উবা মতমদা নাউথিংখোংনা মমা অমগুম্না য়েংলকপদা মহাক্কী থম্মোই কায়খিরম্মী। মপুরোইবগী মফমদগী ফংফম থোকপা অশেংবা নুংশিবা অদু ফংদবনা মহাক্লা মশা মথন্ত শিজখিবনী। নুপানা মপু ওইবা সমাজগী চৎনরোলদা অশেংবা নুংশিবগী মফম থিজরিবা নুপী কয়াগী মহুৎ শিন্দুনা কখোকখিবগী খুদম্নী। নুপী লোনবগী চৎনবী লৈরম্বা মদুনা মরম ওইদুনা মপুগী থাক্তা লৈরম্বা নুপাশিংনা নুপীশিংদা পীরিবা অকনবা চৈফু চৈনা অদুবু শীংনখিবী পীতঙঙা লীকলু লৌথিবীনী হায়বা য়াই। অসুম্না নুপীশিংনা থেংনরিবা অব্রাবা কয়া অদু মহাক্লা তাইবংপান থাদোক্লমদাই মতমগী ব্রাহে খর অদুনা ময়েক শেংনা উৎলী,

"...... ইদু লাংমাই অচেং য়িমলেনবা মরানয়াইদা হনব্রায়খিসে হায়বসুঙ শেল্লোয়বা নুবা লাংমাইবা পাখং অতেংবা চকপা কাসিঙম্বা লাংমাই থেংপুং লাৎপা ইপন লেংনা তিন ইদু লেংনা ফংবশিংবু তাংজ ইকাইএ, হুয়াই

শেনকোইএ। ইপন ওন্দেববোইএ, ইদু হনৱাই ঙমলবোই, নোংবাল্লোন পীতঙঙা ঐদি তাইবং নমু মীবু ওইনা পানঙমলবোইএ।" (নাউ: ফ: কা:, লা: ৮৪-৮৫)। অসুম্না নুপী কযাগী থম্মোইদা ওমদুনা লৈবিবা মৈচাক অদু মহাক্না মহুৎ শিন্দুনা ফোঙদোকপনী। মহাক্কী মথৌনা, হৈশিংবা, কখোকপা, অখাঙকনবা অমদি মৈতৈ নিংথৌমচা নাউথিংখোংগীদমক মহাক্না কখোকখিবা কযা অদুবু নীংশিংদুনা মহাকপু ইকাই খুম্নফম ওইববা লাইবেম্বীগী থাক্তা পুখৎখিবনী হাযবা য়াই॥

## মীওৎ মীনৈগী চৈথেং ফংব্রবী খুমন চনু চকপা ঙম্বী তাঙজা শম্ফাবী অমসুং মৈতৈ চনু চীংখৈ ললউনথানবী

"থৌৱান থাবা হিরান" কৌবা লাইরিক অসি মৈতৈ নিংথৌ থৌৱান থাবা (১১৯৫-১২৩১) না পানবা মতমদা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক্তা য়ুম্ফম ওইবা ৱারীনি। চপ চাবা পুৱারীগী পোথোক অমনী হায়বমক নত্রবসু শাগৎলিবা ৱারী পরিং অসি তশেংনা থোকখিবনী হায়বগী খুদম ফংই। মরুওইনা চৈথারোল কুম্বাবা অমসুং নিংথৌরেল লম্বুবদসু লাইরিক অসিদা পল্লিবা থৌদোক্তা মান্নবা মতাং য়াওরি। মৈতৈ নিংথৌনা মচানুপী চীংখৈথানবী হাৎখিবগী লমন খুম্বা ওইনা খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবগী মথক্তা লানতাখিবগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি,

"মৈদিংঙু থৱানথাবনা মচানুপী চীংখৈথানবীগী ৱাথোক্তগী খুমন নিংথৌ পুন্সিবগা লান শোকনৈএ। ঙমএ।" (চৈথারোল কুম্বাবা, লা: ১২)

নিংথৌরোল লম্বুবদা য়াওবা মতাং অমা,

"লাইরেন মৈদিংঙুনা মমোম তমফা ৱাংঙমলোন কায়নৌ চিংখৈ থানবিবু নোংয়াই মপুংয়াইদা নোংমনবা ৱাগীবু নোংয়াই লমওক্কে অতোন লমচনগে হায়বগীবু মদাইরেম মৈকামবা খুমিৎসু মোরিবা নৌচাউশূবু ঙানখম শংশা হনবা ৱাগীবু ময়িম নোংয়াই খুমন্না লমলেন কায়বি শওমপাল থোংলেন লম করমববু করিগী হেনথরকে হায়না ময়িম নোংয়াই পুম্না হুপ্না হুয়েন লান্তানখৎলকয়ে" (নিংথৌরোল লম্বুবা অহানবা শরুক, লা: ১৪০-১৪১)।

মসিদসু নত্তনা খুমন নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌগী মতেংগা লোয়ননা হৈরেম খুঞ্জানগী মথক্তা লাল তাখিবগী মতাং লাইরিক অসিদা য়াওরিবা অসি অশেংবা থোকখিবা থৌদোক্কী হায়বসি চৈথারোল কুম্বাবা অমসুং নিংথৌরোল লম্বুবনা তাকই। চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি,

"মৈদিংঙু থৱান্থাববু খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা লান নেক্নুনা হিয়াং হিরেন তোংদুনা মীয়ামনা লাল পাংবা চৎলে। খুমনগা লোয়নদুনা হৈরেম খুঞ্জান নামিন্নৈএ। ঙমএ" (চৈ:কু:, লা: ১২)।

নিংথৌরোল লম্বুবা অহানবা শরুক্কী মতাং অমা,

"নোংয়াই খুমন নিংথৌ অতোন পুনশিবা পুয়াম য়িমলেনবা তনদু লাম্বাবনা লাইরেন মৈদিংঙুবু হুয়েন লাল নেক্লেয়ে। মাকলৌ রেন লোইনাই থৱাম্বাব-ও! নোংয়াই ঐবু তাংশক্তা অতোন মীথাদববু লৈয়ে। নোংয়াইনা পুঙমা থোল্লবগা হৈরেমসুং পুঙমা থোনয়ে। খুমন্না থেন-মা থেৎলবগা খুনচানসুং থেনমা থেৎয়ে। হৈরেম খোংঙা খোংতেকচা খুনচান খোংঙা খোংতেকচা............। লাইরেন মৈদিংঙুনা তুবী থিংকু মথিনাই মৈবু ওৎনা খৌশাথবদি হৈরেম যাকা চায়রে" (নিং:লম্বু:, লা: ১৩৭-৩৯)

পূন্নমক অসি নৈনরুবা মতমদা "থৌৱান থাবা হিৱান" দা য়াওরিবা থৌদোক ৱাথোকশিং অসি অশেংবা পুৱারীগী তাংকক অমগী ৱারীনী হায়বা য়াই। নুপানা মপু ওইবা সমাজগী চৎনবোলদা নুপী ওইবীশিংনা থেংনখিবা অকনবা চৈথেং অদু ময়েক শেংনা উৎপা লাইরিক্লী। মপুঙ ওইবা ৱারী অদু থমজরি। নোংমা মৈতৈ নিংথৌ থৌৱানথাবনা মনাইশিং হায়বদি খুমন মরম্মুশিং (খুমন লমদা পাউ পুথোক পুশিন তৌবা) গী মফমদা খুমন নিংথৌ অদোন পুনসিবগী মফমদা চত্তুনা মচানুপী চকপা ঙশ্বী তাঙজা শম্ফাবীবু মঙোন্দা লুহোংবীনবা হাযজকনবগীদমক থাবম্মী। মতাং অসিবু শৈথাবগী মতেক অমা,

"নোংয়াই শেনজংনা খুমন পাইজংনসে হায়ও। পোরে অথাপ্পনে ৱাংঙম অতাম্বনে হায়গুনো। নমোম খৈয়োইবোন হেমজেংচকপা ঙশ্বী, মোম্নু তাংজা শম্ফাবীবু লাইবেন ঐনা পোইবৈ চৎৱা হায়মন ৱাংঙম নুৱা তেমমানাগে।" (থৌৱানথাবা হিবান, লা: ৮)। অসুম্না খুমন মবম্মুশিং অদুনা হৈবা অথুম অহাওনচিংবা কয়ানা অথেনপোৎ শেমদুনা খুমন নিংথৌগী মনাক্তা থুংলম্মী। মৈতৈ নিংথৌগী মপাউ অদু তম্লুবদা খুমন নিংথৌনা হরাওনা য়ারম্মী। অদুবু মহাক্কী নুপী খুমনলৈমা ঙানুরোন য়াওশেশ্বী অদু অহন ওইরে মরম অদুনা মৈতৈ চনু চীংখৈ লনউনথানবীবুসু মঙোন্দা লুহোংবীযু হায়বা ৱাফম অমা থম্লম্মী। খুমন মরম্মুশিংনা ৱারম পূন্বা মৈতৈ নিংথৌগী মফমদা তম্লম্মী। খুমন নিংথৌনা ফিরোল শা যন্নচিংবা ময়াম যাওনা থিংবাইজমলৈমা কুচু কোইবীনা লুচিংদুনা মৈতৈ নিংথৌগী মফমদা মচানুপী চীংখৈ ললউনথানবীবু হায়জনবগীদমক

থারক্লম্মী। খুৎশু চনু লৈমা কুচু কোইবীনা ব্বারম পূম্বা হঙ্গৎলবদা মৈতৈ নিংথৌনা য়াবীরদুনা মচা নুপী চীংখৈথানবীবু খুমন নিংথৌদা লুহোংদুনা থিন্নবা থৌরাং তৌরম্মী। মতাং অসিবু মখাগী অসুম্না শৈথারি,

"লাইরেল মৈতেংঙুসু মমোম তম্পা ব্বাংঙমলোনবু মরান লুহোং খোঙদোংগে হায়বগী কৈকল শল্লুং শনশেল নাওরোই অপকমা মঙম লোইরবদা" (থৌ:থা:হি:, লা: ১০)। অসুম্না লুহোংনবগী থৌরাংলকপা মতমদা চীংখৈথানবীনা লিলপোপ নারেংচীং শেল্লোয় লাংমাই চীংশাং অমা অউনপোৎ ওইনা পীনবা মপাগী মফমদা হায়জরম্মী। অহানবদা মচানুপীগী ব্বাফম অদু য়ারন্নবসু মনাই চক্লাই ফান্দোইগী ব্বাফম মতুংইন্না খুমন নিংথৌনা ব্বাইথৌ খমপু, ঙাংলৌ ঙানখম, তাক্ল লমজাও, কোংবা ঙাচৈ, নুংগোন শান্দুনা কাইনৌ লৌচীংখৈ পূম্নমক খুমনগী লম্নী হায়না লৌশিনখিগনী খনবদগী মচানুপীগী অপাম্বা থুংহনবা ঙমখিদে। অসুম্না মৈতৈ চনু চীংখৈ ললউনথানবী খুমন নিংথৌদা লুহোংদুনা থিনথ্রবা মতুংদা মঙকশমদা শিবা লিক অমা কাওথোক্লম্বদগী লৈমা কুচুকোইবী কোনুংদা অমুক হল্লক্লম্মী। মৈতৈ চনু লুহোংদুনা থিনখিবগী অচিকপা তানজা অদু মৈতৈ নিংথৌনা লৈমা কুচু কোইবীদগী লৌখিরম্মী। লোয়ননা লৈমা কুচু কোইবীগী মফমদা মখোয় অনীগী পোক্লক্কদৌরিবা মচা অদু নুপা ওইরগা খন্নাংফাবা অমসুং নুপী ওইরগা তাইবংচাম্বী কৌনবা য়াথং পীরম্মী। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"নোংয়াই মানজৎহনবী নিংথৌ খুৎশু চনু লৈমা কুচুকোইবীনা থবাক লিকচেল্লবদা লাইরেল মৈতেংঙু নোইনাই থৌব্বানথাবা খুমন নাওশুম হকচাওচাবু কায়না হুম্বনা তুবী ব্বাইচিক অচিকপা লাইরেল মৈতেংঙুনা নোংয়াই থিংবাইজম লৈমা নিংথৌ খুৎশু চনু লৈমা কুচু কোইবীবু শীঙলেন শেৎথনা লৈরাং খায়থনরৌয়ে। লাইরেন মৈতৈংঙুনা পাওমেনখিয়ে য়োইবুনাই থিংবাইজম লৈমা-ও হয়েং নোংয়াই মপুঙয়াইদা হনু নয়াইকা ইরেং মাল্লে চল্লবসু লাইরেল ঐ পোইরৈ ব্বাকাওনগুনুসে। মোম্নু নংনা হয়েং পারি শাৎলবদি, লাইরেল ইপারি মৈতেংঙুচা কোরৌলক্কী খন্নাংফাবা কৌও, নমোম ফুইরবদি মৈতেংঙু চনু ব্বাংঙমলেন শীঙেনলক্কী তাইবংচাম্বী কৌও হায়না লাইরেন মৈতেংঙুনা খুজেং

হংজি লাক্লা ৱারেপখিয়ে" (থৌ:থা:হি:, লা: ১২-১৩)। খুমন চনু চকপা ঙম্বী তাঙজা শম্ফাবীসু মৈতৈ নিংথৌগী মফমদা লুহোংদুনা থিনখিরম্মী।

নোংমদি মৈতৈ নিংথৌনা অঙম অথৌ শুনা তিল্লবা মতমদা লোইদাম কুমশা হৈয়ৌ য়ুদংবা লাংজেং থেনগাবগী থৌরম পাঙথোক্লবা ৱাফম ফোঙদোক্লম্মী (হায়রিবা থৌরম অসি চাবা থকপগা লোয়ননা থাঙ তাগী হৈশিংবা উৎপনী। মসিদা নিংথৌ অমদি অঙম অথৌশিংনা তেন কাপ্পুনা মখোয়গী হৈশিংবা উৎপগী কুম্মৈনী। তশেংবদি থৌরম অসি লৈবাক চাকহোঙ ঙাহোঙনবা অমদি মরা ঈংনা তপ্পা লৈনবা ইরাৎ থৌনিগা লোয়ননা পাঙথোকপা থৌরম্নী হায়না থাজনরম্মী)। মৈতৈ নিংথৌনা মনাও নুপা হেপীখু লৈশাপাম্বা তৌগাইঙম্বনচিংবা অঙম অথৌ ময়ামগা লোয়ননা মৈতেংঙু লাইরেল উরাকোম্থৌবা শিন্নৌ নমথোঙসেম চীংদা লোইদাম কুমশাবা হৈয়ৌ য়ুদংবা লাংজেং থেনগাবগী থৌরম পাঙথোক্লবগীদমক চৎখিরম্মী। অসুম্না চোংফম্দুনা চৎপদা তৌগইঙম্বগী কোক্তা থেৎপা লৈ নাচোম অদু লৈমায়থক্তা তাহৌরম্মী। মতম অসিদা মৈতৈ নিংথৌগী লৈমশিংগী মরক্তা য়োইবু হায়বদি ফমথোন কাবী, য়োইহৈ হায়বদি ফমথোন কাদবী অনীগী খেন্নবা লৈরম্মী। খুমন চনু মৈতৈ নিংথৌদা লুহোংলকপগা য়োইবু ফমথোন কাখিবদা ফমথোন কাদবী য়োইহৈ অকোং লাংমৈশুনা কল্লকপা ফাওরম্মী। তানজা য়েংদুনা তৌগাইঙম্বগী তাহৌবা লৈ নাচোম অদু খুনগত্তুনা লোন্না খুমন চনুগী মোন মখাদা থম্লম্মী। মৈতৈ নিংথৌনা থেনগারুবা হল্লকপা মতমদা লৈনাচোম অদু থেংনরম্মী। খুমন চনুগী মফমদা লৈনাচোম অদুগী মরমদা হংলম্মী। চকপা ঙম্বী তাঙজা শম্ফাবীনা মাগী খঙজদবা অশেংবা অদু থম্মোই শেংনা হায়জরম্মী। খুমন চনুগী লমচত্তা অমকপা লৈরে হায়না চিংনরবা মৈতৈ নিংথৌনা মীপূম খূদীংদা হংদুনা লৈ নাচোম অদুগী মরী মখোঙ থিগৎলম্মী। য়োইহৈ অকোং লাংমৈশুনা লৈনাচোম অদু লৈশাপাম্বা তৌগাইঙম্বনা চিনবা লৈ নাচোম অদু মাল্লি হায়না পাওদম্লবদা মৈতৈ নিংথৌনা খুমন চনু অসি লমচত্তা অমকপা লৈরবী অমনী হায়না চিংনরম্মী। মদুগী দন্দি ওইনা লৱাই লেম্ফুদা তরেংয়োৎনা য়ৈশিন্দুনা হাৎনবা থৌরাঙ তৌরক্লবদা উপাই লৈজদ্রবী খুমন চনু কপলাউদুনা মহাক মরাল লৈজদবীনী হায়না

তেংথারম্মী। মহাক্না হায়জবা পূম্বা অরেম্বা তাখিরম্মী। অসুম্না মরাল লৈতবী খুমন চনু নোংগাখিরম্মী।

মদুদগী মৈতৈ নিংথৌনা খুমন মরম্মুশিংবু কৌখৎহল্লগা মফম মরাং খঙদবা লায়না অমনা মরম ওইদুনা খুমন চনু শিরে হায়না খুমন নিংথৌদা পাউদম্লুবগা লোয়না অশিবা হকচাং অদু মপাম লমদমদা মথৌ মঙম পাঙথোক্লুবা থাখিরম্মী। মচানুপীগী অশিবা হকচাং থিল্লকপগী মওং অমদি নাবগী পাউ তাক্লক্তুবা মরম্না মপূক্লীংদা চিংনবা ফাওরম্মী। খুমন মরম্মুশিংনা হনখ্রবা মতুংদা অশিবা হকচাং অদু নিংঙোল কাদা ফিনা কুপ্তুনা থম্লগা মাইবী অমনা মঙতারম্মী। মঙতাবগী পোৎলমশিং চেংঙৌ, য়েরুম, শেন, থুম মঙদালুক্তা লা অমগী মথক্তা হাপ্তুনা মঙতারম্মী। মাইবীগী মতুং ইন্না খুমন চনু অসি পুন্সি চেংজেল লোইদনা লম্মখাঙদা পুন্সি পিখম্নহনখিবনী হায়রম্মী। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবাও, নদাইরেম ঐনা খোম্লেন মংজংলুবদি নমোম খৈয়োইরোম্বু পলেম পীখোইরেন পন্থৌ পাখোইরেনগীবু লান্নংদে কোরৌ ইনোংথৌনা থৌথাদে, য়োইবু ইথি থিয়েকব্রা য়োইহৈ ইনু নুয়েকব্রাগী নোংমল্লকয়ে হায়য়ে" (থৌ: থা: হি, লা: ৩১)। মাইবীনা মঙতাবগী থৌরম লোইরবা মতুংদা হৌনবী মতুং ইন্না মথৌ মঙম পাঙথোক্লম্মী।

মথং চহীদা অরোইবা মথৌ মঙম পাঙথোক্লুবা থৌরাঙলম্মী। মতম অদুদা অশিবা হকচাং অদু লৌথোক্তুনা য়েংলুবা মতমদা লব্রাই লেম্ফুদা তরেংয়োৎনা থিনখিবগী মফম অদু থেংনরুবদগী খুমন চনু শম্ফাবী শিবগী মরম অদু খঙলম্মী। মচানুপীগী লেম্ফুদা য়ৈশিন্দুনা লৈবল্লিবা তরেংয়োৎ অদু পায়দুনা মৈতৈ চনু চীংখৈ থানবী কৌদুনা মপা নিংথৌ মথক্তা লমন খুম্বা ওইনা মাবুসু তরেংয়োৎ অদুনা থিল্লগা হাৎলগনী হায়না খঙহল্লম্মী। মদু তাবদা মৈতৈ চনুনা মরাল লৈতবী মহাকপু হাৎফম থোক্তে হায়বদগী খুমন নিংথৌনা মপা মৈতৈ নিংথৌবু হৈরেম খুনজানগী মথক্তা লান্দামিন্নসি হায়না কৌনবা য়াথং পীরম্মী। মপুরোইবগী য়াথং মতুং ইন্না চীংখৈথানবীনা মপা নিংথৌবু মৈতৈ মরম্মুশিং থাদুনা কৌহল্লম্মী। মৈতৈ নিংথৌনা খুমন লমদা থুংলবা মতমদা খুমন নিংথৌনা হৈরেম খুনজান্না উশিং থওইদবগীদমক লান তামিন্নসি হায়দুনা কৌবনী হায়বগী

ৱাফম থল্লম্মী। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"মাক্লৌরেন লাইরেল মৈতিংঙু নোইনাই থৌৱানথাবা লাইরেল তেল্লোং তেকপা ৱাকাওদবাও নদাইরেম হৈরেম মনিলনাইবা খুঞ্জান তান্দবশিংনা নোংয়াই ঐবু তাংশক্তে অদুগীবু লাইরেল নঙবু পাওথেমথবনে। অসি কোরৌ নুমিৎ অমদা হৈরেম থেংমন্না খুঞ্জান নামন্নসে" (থৌ: থা: হি:, লা: ৪৫)। মৈতৈ নিংথৌগী লাম্মীশিংনা হৈরেম খুনজানদা লান্তাশিন্দুনা মায় পাক্লগা হল্লকপদা অচৌবা চাকলেন অমা শীল্লগা খুমন চনু হাৎখিবগী লমন খুম্নবা থৌরাং তৌরম্মী। মরম অসিনা মৈতৈ চনু চীংখৈথানবীনা মপাবু তরাম্না ওকপগী মওংদা মচীন্দা কৌরগা মখুৎনা হন্দোকখিনবা ইঙ্গিৎ তৌরম্মী। মচানুপীগী ইঙ্গিৎ অদু খঙবদগী মৈতৈ নিংথৌগী কাঙবু অদু হি মমায় লৈদুনা হনখিরম্মী। মহাক্কী থৌরাঙ পূম্নমক অরেম্বা তারবদা খোইশাওনরবা খুমন নিংথৌনা চীংখৈ থানবীবু তরেংয়োৎনা থিন্দুনা হাৎখিবগী মতাং পনবা য়াই,

"নোংয়াই কাজেং থাঙজপান্না অদোন পুক্সিবা কোল্লোই মতিনমেনগীবু তম্পা ৱাংঙল্লোনগী লৱাই হুম্ফুদোন্দা য়োৎপী হুইগা থা নুংথং লুবোই য়ৈবদা তম্পা ৱাংঙমলোন কাইনা চীংখৈ থানবীদি হয়ু ইমা মৈতৈলৈমা অঙৌবা চনু নোংবাল্লোন তৌগাইঙম্বী লোইবী তৌগাই মনিংথৌ থেবা লিক্লম্ববু কাইনা হনবী নংনা নুমিৎ চৈজেনবা থাবা লান্নংবদা নাওনৌবনরিঙেনে পলেম পীথোইরেনগী খুনরিরোয়রে। তম্পা চীংঙু ইরাইবক য়ামজেং ইতুরৈগীবুনারিঙেনে। তম্পা য়ারেন খোঙজি মতাই কাঙঙমদনা নোমংমনখিয়ে" (থৌ: থা: হি:, লা: ৬৩)। খুমন নিংথৌনা মনাই মৈতৈ মরম্ঘুশিংবু কৌরগা অশিবা হকচাং অদু মপাম লমদমদা মথৌ মঙম পাঙথোক্লবগীদমক থাখিরম্মী। মচানুপীগী মথৌ মঙম লোইরবদা লমন খুম্নবগীদমক খুমন নিংথৌগী মথক্তা লাল তারম্মী লাল অদুদা মৈতৈ নিংথৌনা মায় পাকখি। লানফম অদুদা মৈতৈ নিংথৌ মশামক্কী ঈ লৈমা খুৎশু কোইবীনা পোকপী কোরৌলক্কী খমলাংফাবা থৱাই থাখি।খুমন মরম্ঘুশিংগী মফমদগী মচানুপা কোরৌলক্কী খল্লাংফাবা শিবা মতমদা মমানা তেংথাদুনা কপহৌবগী থৌদোক অদু তারবদা মথৌ মঙম পাঙথোকপদা চঙগদবা পোৎলম পূম্নমক থাখিরম্মী। মতৌ অসুম্না মৈতৈ চনু চীংখৈথানবী অমসুং খুমন চনু শম্ফাবী

হাৎখিবগী লমন খুম্নখিবগী ৱারীনী।

"থৌৱান থাবা হিরান" দা য়াওরিবা ৱারীগী মতুং ইন্না নুপানা মপু ওইবা অঙনবা মনিপুরদা হীরম অয়াম্বদা নুপীশিংনা নৈহৎপীবা ওৎপীবগী চৈনা কয়া ফংলম্মী হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলী। কাঙলূপ খূদীংমক্লা নুপীশিংগী নীংতম্বগী হক মৎপীবগী মমি ফজনা তাই। নুপী ওইবীশিংনা মপুঙ মরৈ ফারক্লবা মতমদা মনীং তম্না মশাগী পুক্সি খোঙলোই খনজনবগী হক লৈরমদে হায়বা য়াই। খুমন চনু চকপা ঙম্বী তাঙজা শম্ফাবী অমসুং মৈতৈ চনু চীংখৈ ললউনথানবী অনীমক মপাগুম্নবা মৈতৈ নিংথৌ অমদি খুমন নিংথৌদা চাশিন মৌশিন্নবা ওইনা থাজনবা মতমদা নিংঙোল ওইবী অনীগী মত লৌবগী ৱাফম লৈরমদে। নিংথৌ অনীনা লৌখিবা ৱারেপ অদুনা অরোইবা ওইরম্মী। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"নোংয়াই চৎৱা হায় খুমন নুৱা তেমমন্নগে নোংয়াই চেনজিন্না ৱাঙম নুশিন্নসে হায়রুও হায়না পাওখুম্নখিয়ে" (থৌ: থা: হি:, লা: ৯)। অঙনবা মতমদা কাঙলূপ খূদীংমক্লা নুপী লোনবগী চৎনবী লৈরম্মী। মরু ওইনা লৈঙাক মপু ওইরিবা অৱাংবা থাক্তা লৈবা নুপাশিংনা নুপী লোনবগী থবক অসি তৌরম্মী। নুপাশিংনা মনীং মখা তম্না মখোয়না পাম্বা নুপীশিংগী মপু ওইবদা অথিংবা লৈরমদবগী খুদম ফংই। হায়রিবা থৌওং থৌচৎ অসি লৈঙাক মপুশিংনা মপুঙ ওইনা পাঙথোক্লম্মী। মৈতৈ নিংথৌ থৌৱানথাবনা খুমন চনু শম্ফাবীবু মাগী তালোয় ওইনবগীদমক মপা খুমন নিংথৌ অদোন পুক্সিবগী মফমদা খুমন মরম্নুশিংবু থারম্মী। মৈতৈ নিংথৌগী অনীংবা অপাম্বা অদু মরম্নুশিংদগী তারবা মতুংদা খুমন নিংথৌনা মহাক্কী নুপী লৈমা অহল অদু অহল ওইরবা মরম্না অনৌবা অমা পাম্বগী ৱাফম ওইনা মৈতৈ চনু চীংখৈ ললউনথানবীবু মঙোন্দা লুহোংনবা ৱাফম থল্লকখিবা মতাং পনবা য়াই,

"নমান ঙানুরোন য়াওশোম্বীবু হনু ময়াই কারবনিগীনা নোংয়াই চৎৱা হায়ঙমদা খুমন নুৱা তেমঙমদরে। নমোম তম্পা ৱাংঙমলোনগা ইপীঙঙা নোংয়াই চৎৱা হায়মন্না খুমন নুৱা তেমন্নগে" (থৌ: থা: হি:, লা: ৯)। অসুম্না নুপীশিংবু নুপাশিংগী লনথুম লেপশিন পৈশিনবগা পাংখক ওইবগী চৎনরোল লৈরম্মী হায়বা য়াই। অসিগুম্বা নুপী লোনবগী চৎনবী অসিনা

নুপীশিংগী মরক্তা মকা ফোংদবা কল্লক য়েংথিনবগী মরূ হুল্লম্মী। মদুনা মরম ওইদুনা অকি তুজুংলবা থৌদোক কয়া থোক্লম্মী। খুমন চনু শম্ফাবীনা খাঙডুথক্তা পুন্সি পীখম্নখিবা নুপী লোনবগী চৎনবীনা পীবা চৈথেংনী হায়বা য়াই। তশেংবদি মহাক মরাল লৈবা নত্তে। য়োইবু য়োইহে ফমথোনগী মিকানবনা মরম ওইদুনা মৈতৈ নিংথৌগী লৈমশিংগী মরক্তা লৌতুনরকপদগী মদুগী চৈথেং ওইনা মহাক্না শিবগী দন্দি অদু ফংখিবনী। লৌতুনবদুনা মরম ওইদুনা খুমন চনুগা মৈতৈ নিংথৌগী মনাওনিপা তৌগাইঙম্বগা অরোনবা মরী লৈনরে হায়বসি লৈ নাচোম অমনা মরম ওইদুনা নিংথৌবু চিংনবা পোকহনখি। মদুগী মহে ওইনা খুমন চনুবু তরেং য়োংনা লৱাই লেম্ফুদা থিন্দুনা অহকপা চৈরাক পীরম্মী। অদুবু থৌদোক অদুদা চেন্নরিবা তৌগাইঙম্বদি চৈরাক ফংখি হায়বগী খুদম ফংদে। মসিনা মতমদুগী সমাজদা নুপা অমদি নুপী অনী খেন্নবা লৈরম্মী হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলী। অসুম্না হন্থবা থাক্তা থম্বীরম্লবা নুপী কাঙলূপনা মখোয়গী মথক্তা চথবা মীহুৎ মীনৈগী মায়োক্তা ৱাহে অমত্তসু ফোঙদোকপা ঙমজরমদে। লীশাং শীৎনা অকনবা কাঙলূপনা অশোনবশিংবু তুহৎপিবগী চৈনা অদু খাঙদুনা লাক্লম্মী। মতমদুগী সমাজনা নুপীশিংবু ঙাকপী শেনবীবা অমদি ইকাই খুম্নবগী ৱাখল লৈরমদে তাকপনী।

মৈতৈ চনু চীংখৈ ললউনথানবীবু খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবনা মহাক্কী তালোয় অমনী হায়বগী নুংশিবা, ঙাকপিশেনবীবা পূম্নমক্কী ৱাংমদা হন্না হন্না মীওৎ মীনৈ চথরম্মী। অহানবদা মচানুপী শম্ফাবীবু মৈতৈ নিংথৌনা হাৎপনী খঙলকপা মতমদা লানজদ্রবী মঙোন্দা মচানুপীগী লমন খুম্বা ওইনা শিবগী চৈরাক পীনবা হোৎনখিবা থৌরাঙ অদুবু অসুম্না শৈথারি,

"শানৌ ৱাংঙমলোন নংসু ইমোম্না কোরৌ নোংগানবা য়োৎ অসিনা য়োৎপী হুইগা থানা নোংমলমন্ন-ও। ইমোমগীদমকপু লৈকাই পুজরুক লাংবল অওল্লুক চেংবুম মনাও তোনগুম্ববু লানশিংগে। শানৌ ৱাংঙমলোন থিক্লেন ইথানুংগী পারি নাওদংয়াল ইমোম খোম্লোন্নরিবী নংবু ইমোম চকপা ঙম্বীগা কোরৌী নোংগামিন্নৌ-ও" (থৌ: থা: হি:, লা: ৩৩)। মরাল শুকলৈ লৈতনা মপা মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা লমন খুম্বগী মহুত্তা মপুরোইবনা মহাক্কী পুন্সিদা

তেমশিংনরকপা মতমদা মহাক্লা মদুবু শীংনবগী পাঙ্গল লৈরমদে। মহাক্কী উপাই হায়ববু কপলাউদুনা তেংথাবা অদুনা ওইরম্মী। নুপী কনামত্তনা মখোয়গী কাঙলূপ্না মায়োক্লরিবা অব্বাবা খুদোংথীবা অদু শীংনবা ঙম্লমদে।

মতুং তারকপদা তরেংয়োংনা থিল্লগা হাৎপগী চৈরাক অদু তোক্লগা পুঙম থাংঙমদবা পোৎলম অমা অমুক চীংখৈ ললউনথানবীগী কোক্তকা থাংগৎলম্মী। মদুদি মৈতে নিংথৌবু হাৎনবগীদমক হৈরেম খুনজানগী মথক্তা লাল তামিন্নসি হায়রগা খুমন লমদা কৌগদবনী হায়না য়াথং পীরম্মী। মপা নিংথৌবু অশিবগী খয়াত্তা তাহন্নীংদ্রবসু মপুরোইবগী য়াথং ইন্দবা য়াদবনা মপা নিংথৌবু খুমন লমদা কৌরম্মী। অদুবু মমৈথংদা মহাক্কী ব্রাখল লৌশিং পুথোক্তুনা মপা নিংথৌবু মপুরোইবগী মখুত্তগী কনখিবগী মতাং অমা লৌখৎপা য়াই,

"ইপা মৈতেংঙু নংগীদমকপু নমোম ব্রাংঙমলোন ঐনা খরি লৈখোঙবু চাপ্লৌ লাফমফা শারেন লৈতোইয়াৎ থাংচী লৈতোইলেন শঙ্গাই মকোংচেং শাকু ব্রাল্লোংথন, লুক্লেন তৈনা শেম্না ঙাইখমলিয়ে। নোংয়াই শেনলৈপাকনে কারন্লো অদোন পাইরৈপাক্লে তল্লন্লো হায়না তম্পা ব্রাংঙমলোন্না তাংজ। মরৈতোন্না কৌশিন্না শমু মখুদোন্দি চরৈফিকুনুংদা নোংনেম পাইনা পাংনা হাৎখৎখিয়ে" (থৌ: থা: হি:, লা: ৫১-৫২)। মহাক্লা মপা মৈতে নিংথৌ কন্নবা থৌরাঙ অদুনা মরম ওইদুনা খুমন চনুনা ফংখিবা চৈরাক অদুমক ফংলগনী হায়বসি মশানা খঙজরম্মী হায়বগী মতাং অমা পনবা য়াই,

"ইপা মৈতেংঙুও লাইরেল শংলৌ নথৌরাং য়েল্লাং নঙমদমগীবু লব্রাই হুম্ফুদোন্দা য়োৎপী হুইগাথা নুংথং লুরোইয়েনা নোংমল্লঙেনে" (থৌ: থা: হি:, লা: ৫৩)। মশামক্কী থব্রায়গা মপাগী থব্রায়গা শিন্নখিবা অসিমক মহাক্কী কপ্বোকপা ঙম্বা থৌনা উৎপনী হায়বা য়াই। কাঙলূপ কয়াগী মনুংদা খুৎকন পাঙ্গল্লবা কাঙলূপ অমা ওইরম্বা মৈতৈগী নিংথৌ অমা খাঙঙুথক্তা মাঙখিবাহায়বসি লৈবাক্কী মাঙজবা অমনী হায়বসি মহাক্লা চপ চানা খঙলম্মী। লৈঙাক্লোনগী হীরমদা নুপীশিংনা হকথেংননা য়াওবা ঙমজনবগী হক পীরমদ্রবসু লুরবা তানফম কয়াদা নুপীশিংনা নাকোইননা শরূক য়ারম্মী হায়বসি চীংখৈ ললউনথানবীনা মৈতৈগী নিংথৌবু কনখিবা অসিনা ময়েক শেংনা উৎলী।

মশামক্কী থৱায়বু পাম্মুবা লৈতনা মৈতৈগী পাঙ্গল ময়েং তাদনবা হোৎনরম্বা মহাক্কী থৌরাঙ নুপীমক ওইরবসু শীংথাবা য়াবা থৌরাঙনী। মহাক্তা মৈতৈ নিংথৌগী থৱায় কল্লমদ্রবদি পুৱারীগী ৱারীদা মৈতৈগী মিং মখা তানা য়াওরমদবসু য়াই। অদুগীসু মথক্তা মৈতৈ অমদি খুমন অথৌবশিংগী ইমু নাইমু তানবগী তাংকক অমা লৈরম্বগা লোয়ননা লাক্ল ফান ঙমদ্রবা হৈরেম খুনজানশিংনা খুদোংচাব লৌখিরম্বসু য়াই। অসুম্না তপ্পা তপ্পা তাংকক নাইনা পূনশিন্দুনা অপূনবা শক্তম শাগৎলকখিবগী পুৱারিদা অকনবা চৈফু অমা পীরম্বসু য়াই।

খুমন চনু অমদি মৈতৈ চনু অনীমক্তা মখোয়বু থাজ য়োনজবা অমসুং মপা নিংথৌ অনীনা চারৌ মৌরৌনবগী মতাংদা মশা মশাগী ওইবা মত ফোঙদোকখিদবা অসিমক অৱাংবা ৱাখল্লোন অমা লৈরম্বসু য়াই। মনিপুরগী অঙনবা পুৱারিদি কাঙলূপ কয়া হায়বদি মৈতৈ, খুমন, লুৱাং, অঙোম, মোইবং, খাব ঙানবা, সরাং লৈশাংথেম, হৈরেম খুনজান্নচিংবা কয়াগী মরক্তা অবেপ্পা লৈতনা চৎথবা লাল কয়াগী মরক্তা শেমগৎখিবনী হায়বা য়াই। অকনবা কাঙলূপনা পাঙ্গলশোনবা কাঙলূপশিংবু খুদুম চনশিন্নবা হোৎনবদা ইমু নাইমু তানবগী থৌদোক কয়া থোকখ্রে। পাঙ্গল শোনবী নুপীনী হায়দুনা শা-লাল থাঙ তাগী মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা ফংদবী নুপীশিংনা অসিগুম্বা লালগী অৱাবা চৈথেং কয়া অদু তত্তনা ফংলম্মী। খুৎকন পাঙ্গলবা কাঙলূপ অমা শেমগৎনবা হোৎনবদা মীচং চুংশিন্নবগী তঙাইফদবা লৈরম্মী। মরম অদুনা কাঙলূপ কয়াগী মরক্তা নুংশি চান্নবা মৰূপ ওইবগী মরী দরকার ওইরম্মী। খুমন চনু অমসুং মৈতৈ চনু অনীনা মপাগুম্বা মীশকশিংগী লোয়নবী ওইবদা হরাও হরাও য়াখিবগী মরমদি খুমন অমসুং মৈতৈ গী অফবা মরী শাগৎনবগী ওইরমগনী। মদুনা কাঙলূপ অনীনা কল্লক য়েংথীনবগী ফীবমদগী নাম্থোকহনখি। নিংথৌ অনীগী চারৌ মৌরৌনবদা মচানুপী অনীনা নুপী পূম্নমক্কী মহুৎ শিন্দুনা থোক্লবা য়াবা লালগী মায়োক্তা লেপখিবনী হায়বা য়াই।

খুমন চনুনা নুপী ওইরুবনা তমথীরবা মীহাৎতা নৌনা পুন্সি কেমখি। থবক অদু লাইগী শক্তি চেনবনী খন্নরিবা মৈতৈ নিংথৌনা পাওথোক্লম্মী। নুপা মশেন শক্তি তান্নবগী মহৈনা মৈতৈ চনুনা ফংখি। খুমন চনুনা ফংখিবা চৈরাক অদুমক

মহাকসু ফংখি। অসুম্না তমথীরবা চৎন কাগুলোন কয়াগী চৈথেং অশোনবা কাগুবুনা ফংলম্মী। কনথৌরবা লাইগী শক্তি চেল্লবা মৈতৈ নিংথৌগী পুক্নিগা অশোনবা নুপী চীংখৈ ললউনথানবীগী থব্বায়গা শিন্নখি।

মৈতৈ নিংথৌ থৌৱানথাবনা খুমন লৈমগী মনাইনুপী লৈমা খুৎশু কোইবীগা অরোনবা মরী থমদুনা মচা নুপা কোরৌলক্কী খমলাংফাবা পোকখি। মৈতৈ নিংথৌ অকনবা কাগুলূপ্তা লৈরম্বনা মদুগী চৈরাক ফংলমদে। অঙাং অদু যোকপগী অৱাবা পূম্নমক লৈমা খুৎশু কোইবীগী শরুক ওইরম্মী। মমৈথংদা মৈতৈগা খুমনগা শোক্লবা লানফমদা মথ্বাই থাপ্লবা মতুংদা মহাক্কী মথৌ মঙমগী চঙগদবা পোৎচং খর থাখি। মদুনা খন্নাংফাববু মচানী হায়বদু শকখঙলম্মী। অসুম্না নুপাশিংনা নুপীশিংবু মকুওইনা লৈঙাক চুপ্পী পাইবশিংনা মখোয়না নীংলকপা মতমদা নুপীশিংদগী খুদোংচাবা লৌবা ঙম্লম্মী। লৈমা কুচু কোইবীনা মৈতৈ চনুগী লিক লৌবা লাকপদা খুদোং চাবা লৌখিবগী মতাং অদু অসুম্না ইবি,

"নোংয়াই মানজৎহনবী নিংথৌ খুৎচনু লৈমা কুচুকোইবীনা থবাক লিকচেল্লবদা লাইরেল মৈতৈংঙু নোনাই থৱানথাবা খুমন নাওশুম হকচাওচাবু কাযনা হুম্বনা তুবী ৱাইচিক অচিকপা লাইরেল ৱাইকংকোন অকোনবা নুনাং কাওখঙকোন কাওবী শলথোককোন তয়ম নাইথোক্কেন্দা লাইবেল মৈতেংঙুনা নোংযাই খিংবাইজম লৈমা নিংথৌ খুৎশু চনু লৈমা কুচু কোইবীবু শীঙলেন শেৎথনা লৈবাং খায়থনবৌয়ে" (থৌ: থা: হি:, লা: ১২)। লৈনাচোম অমগী ৱাহৌদা খুমন চনুবু লমচৎ নাইদবী অমগুম অচুম অবান থিদনা শিবগী চৈরাক পীবা হায়বসি অকনবনা অশোনববু তুহৎপিবগী ময়েক লারবা খুদম্মী। মহাক মবাল লৈতবী অমনী হায়না হন্না হন্না হায়জবা ৱাফম মপুরোইবনা তাবীখিদবগী মতাং পনবা য়াই,

"লাইরেন ইশাবী মৈতেংঙু নোইনাই থৱানথাব-ও, নদাইরেম ঐবু নুরা খুদৈ মায়তৈদা চোল্লাং কাওবী ইনাশি অমম্বা ললহোংদে। নাকখঙ পাওথিলয়াদা নুবা পানা লম্লান চাদবীনে শীঙলেন শেৎথৱা লৈরাং খায়থৱা মোম্মু হৈরাং লোনচৎনা নুরা তাওজিং লোনহাইনববু পুম্না লৈতে লৈরাং কদৌবা ফমহোং

য়ামশিবনো। নদাইরেম ঐবু হয়েং কোরৌ নোংনা য়েং মালেম লৈনা খঙশুনো য়োইময়াইনা তাবদা তামন্নখিগে থবি লোইদাম্বনা শিবদা শিমন্নখিগে। ঐদি য়োইবী অতৈবী য়োইহে অওম্বীবু নত্তে হায়না মোম্বু খুৎনিংথৌ তোম্পাকপা মোইরেং অনীশা লংলা চৈখললম্বু য়ারেন খোংথৈচিক শারি মখৈ ফং নামুং নোংকাবা মতোল্লোম্না কোরৌ নোংশাননা মালেম লৈশোনজববু মৈতেংঙুনা ৱাচানখিদে" (থৌ: থা: হি:, লা: ২২)। মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা লমন খুম্নবগী থৌরাঙ মায় পাক্তবগী মরম চীংখৈ ললউনথানবীনী হায়না মরাল শীবগা লোয়ননা খুমন চনু হাৎপদা শীজিন্নখিবা তরেংয়োৎ অদুমক শীজিন্নদুনা হাৎনবা থৌরাঙ তৌরম্মী। মতম অদুদা মৈতৈ চনুনা কপ লাউদুনা মহাকপু কনবীনবা হাংয়জবদা খুমন নিংথৌনা তাবীখিদবগী মতাংবু অসুম্না শৈথারি,

"নোংয়াই ইশাবী-ও পারি নাওদংয়ান ইমোম খোমচিন লোন্নরবা নত্তবরা। তম্পা ঐদি হনু ইয়াইকা ইরেং মাল্লে চন্দরি মিৎলৈ ইচুবাও শম্লাং য়েনকাপথোক্তা য়ারেন মথৌকুম খোংকাং মঙম শোয়দরি তম্পা লাংজেং ইথোক্লকপী নুরা লংচাক ইকা পোম্লকপা লাংবল চুম্লে ইহুল্লকপদা করম্না নোংমনও হায়বনো। নমোম খৈয়োইরোন্দি শীঙলেন শেৎথাৱা লৈরাং খাইথাৱা পানা তপ্তাইৱা, ক্বা শুংদাইৱা, য়োইবু মথি থিয়েকৱা য়োইহে মনু নুয়েক ৱাগী নোংমল্লকয়ে হায়না মপারি নুংজানববু নমদা পো মমোম নুংওনবীবু খুত্তাশুনা তম্পা নশানৌ ঐদি শীঙলেন শেৎথবা লৈরাং খায়থববু পুম্না লৈতে। চোম্লাংকাওবী ইনাসি অমনববু লনহোংদে নুরা খুদৈ মাইতৈদে নমোম খৈয়োইরোন লৈরাং মশুং লাংগীবু করম্না নোংমনও হায়বনো হায়না পাওমেনজববু নোংয়াই খুমন নিংথৌনা ৱাচানবিদে" (থৌ: থা: হি:, লা: ৬২)। মতৌ অসুম্না অঙনবা মনিপুরগী মফম কয়াদা খুন্দাদুনা লৈরম্বা কাঙলুপশিংনা মখোয়না লৈরিবা সমাজগী চৎনরোলদা নুপীশিংনা মনীং তম্না হিংজনবগী হক অদু পীবীরমদে হায়বা য়াই। অদুবু খুমন চনু চকপা ঙম্বী শম্ফাবী অমসুং মৈতৈ চনু চীংখৈ ললউনথানবীনচিংবা নুপীশিংনা মপাগী অমদি মপুরোইবগী য়াথং ইন্দুনা মদু পাঙথোক্লবা হোৎনবদা লোম্থোক্তবী অমগুম অৱাবা কয়া খাঙবতা নত্তনা শিবগী চৈরাক ফাওবা লৌরম্মী। করিগুম্বা মতাংদা মশাগী অচুম্বা কয়া

অদু ফোঙদোক্লবসু মখোয়গী ব্রাকৎ অদু নুপা ওইবশিংনা তাবীরমদে। হায়দোকখিবা ব্রা ঙাকপা হায়বসিসু নুপা অমদা চেনফম থোকপা গুনশিংগী মরক্তা অমা ওইরম্মী। অসিগুম্বা গুন অসি ঙাক্লবা হোৎনবদা নুপীশিংনা অব্রাবা চৈথেং কয়া ফংলম্মী হায়বগী ময়েক লারবা খুদম্মী।।

## অচুম্বগীদমক থৌনা ফনা লেপখিবী লৈমা নামুন খাম্বী

'চায়নরোল' কৌবা লাইরিক অসি অরিবা মৈতৈ ময়েক্তগী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রনা বাঙ্গালা ময়েক্তা ইথোক্তুনা সম্পাদন তৌবনী। মমাঙঙৈদা মনিপুরগী মফম কয়াদা মনীংতম্বা কাঙলূপশিংনা খুন্দাদুনা লৈরিঙৈদা অথৌবা কয়ানা মফম কয়াদা চায়নখিবগী ব্রারীশিং শৈথাদুনা ইরি। মনিপুরগী পুব্রারীদা কাঙলূপ অমগী নত্রগা লন্নাই মীওই অমগী মিংচৎ অমদি তৌবা ঙম্বা কয়া অদু তাক্লবগীদমক চায়নবা হায়বা পাঙ্গল চাংয়েংনবগী থবক অসি ইতৎ তত্তনা পাঙথোক্লম্মী। মসি কাঙলূপ অমা শেমগৎপদা মরুওইবা শরুক অমা ওইবম্মী। অকনবা কাঙলূপনা অশোনবা কাঙলূপশিংবু য়োৎশিন্নবা হোৎনবগী অরেপ্পা লৈতবা লানফমদা মায় পাক্লবগীদমক কনথৌবা মথৌনা লৈবা লাম্মী কয়া দরকার ওইরম্মী। 'চায়নব' দা মায় পাক্লবা মীশক অদু লৈবাক নিংথৌ অমদি মীয়াম্না কিনা লুনা লৌনরম্মী। 'চায়নবা' থৌরম অসি তোঙান তোঙানবা হীরমদা পাঙথোক্লম্মী। লৈবাক নিংথৌ মীয়াম খঙনা ইচম চম্না পাঙ্গল চাংয়েংনবগী নত্রগা করিগুম্বা ব্রাহৌ অমদা য়ুম্ফম ওইরগা মদুগী অচুম অরান লাইগী খুদম চাংদম য়েংনবা ওইনা পাঙথোক্লরম্মী। থৌরম অসিগী য়াম্না মরু ওইরিবদি মায় পাক্লবা মীশক অদুনা মায়থীরবা মীশক অদুগী মঙক কত্তুনা পুরক্লগা অকনবা অমসুং অচুম্বনী হায়বদু উৎলী। করিগুম্বা মতমদা মফম অমদা অথৌবা অনীনা ব্রাফম অমগী অচুম অরান খঙনবা নত্রগা পাঙ্গল চাংয়েংনবা ওইনা চায়নরম্মী। করিগুম্বা মরম অমদা হুয়েন লাল শীংনদুনা লৈবাক নিংথৌনা নত্রগা চায়নগদৌরিবা মীশক অনী অদুনা চায়নবগী মফম মতম লেপ্পী। য়ানবগী মতুং ইন্না থাঙ তাগী মতেংনা অমনা অমগী হকচাংগী মফম অমা নত্রগা অমদা শোকহন্নবা হোৎনরম্মী। শোক্লবা মীশক অদু মায়থীরবনী হায়না লৌনবগা লোয়ননা মায় পাক্লবা মীশক অদুনা অশোকপগী মঙক কত্তুনা লানঙম ফিরাল থেৎলম্মী। অসুম্না নুপা অমগী মতীক মগুন শালান্দা হৈশিংবা অদু চায়নবদগী খরমখৈ খঙবা ঙম্মী। মরম অসিনা চায়নবা হায়বা থৌরম অসি লৈবাক ঙাকলোন্দা য়াম্না মরুওইবা শরুক অমা ওইরম্মী।

'চায়নরোল' কৌবা লাইরিক্তা য়াওরিবা মখল কয়াগী চায়নবশিংগী মরক্তগী খুমন কাঙলূপকী অথৌবা চাখা মোইরেম্বগা হৈরেম খুঞ্জানগী হৈরেম কাংবীশূগা হৈরেম মরাকসি কোনয়া থৈথোকপান্দা চায়নখিবগী ব্বারী লৌখৎলগা চাখা মোইরেম্বগী তালোয় লৈমা নামুন খাম্বীনা মপুরোইববু লৌনম তৌদুনা মঙক ককখিবা হৈরেম কাংবীসুগী মথক্তা লমন খুম্নবা হোৎনবদা অব্বা অনা কয়া খাঙখিবা অদু নৈনরি।

খুমন লমগী খুল্লোন্নবা হৈরেম খুঞ্জান্দা হৈরেম কাংবীশূ কৌবা মখোঙ শেকপা অথোই নাপন কাবা লমহেনবা অথৌবা অমা লৈরম্মী। খুমনগী মীনা শীংচনবা য়েঞ্জাং নাপী হেকপনচিংবা শিল্লম শিন্থা পাঙথোকপা মতমদা মহাক্না অথিংবা তত্তনা পীরম্মী। মহাক্কী লমকেৎ লমহাইবগী থৌওং থৌচৎ অদু খুমন নিংথৌগী নাকোং য়ৌখিরম্মী। মরম অদুনা নোংমা খুমন নিংথৌ পুনশিবনা মনাই অঙম অথৌ ময়াম তিনবা মীফম অমদা হৈরেম কাংবীসুগী ব্বাফম অদু হৌদোক্লম্মী। হৈরেম কাংবীশূগী হাইগৎলিবা মঙক অদু থুদেক্লবগীদমক মহাক্না চায়নবা ঙমগদবা খুমন অথৌবা কনা য়াওরিবগে হায়না হংলম্মী। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"অদোন নোংয়ায় খুমন নিংথৌ পুনশিবা পুয়াম য়ুমলেনবা তন্দু লাম্থবা লেমলৈ নিংথৌ হাইহৈবনা ইদাইরেম নোংয়ায় খুমন খাবা লাইখা খনবাশিংও! হৈরেম কাংবিশূ শমু খোঙশেকপা লাংলেন কোঙয়াং চৈশুপান্না থৌবনা ময়ুম নোংয়ায় শীংজা ব্বাইকোইবদা এলাং থৌচৎফদে হায়ববু তয়ুম খুন চনুশিংগী লৈরক কোশাং ব্বাবু নাতায়য়ে। মরোং কনানা চুং ফুনা তিমেন কনানা তা চায়নরুগবনো কংলা থনবা পাউ খুমলকও হায়না পাউ খুমগবরা পাউখুমদা, অদোন লাইথা খনবনা পাউ য়াগবরা পাউ য়াদে" (চায়নরোল, লা: ১১)। খুমন অথৌবশিং অদু হৈরেম কাংবীশূ কিবদগী নিংথৌগী ব্বাফম অদু মথৌনা লৈনা চোংথোক্তুনা অয়াবা পীবা ঙম্লমদে। মতৌ অসুম্না হৈরেম্না খুমনবু উশিত্তবা মওং অদু থেংনবা ঙম্বা অথৌবা কনামত্তা চোংথোরক্লবদা অথৌবা চাখা মোইরাম্বনা থৌনা ফনা কাংবীশূগা চায়ননবগীদমক নিংথৌ অমদি অঙম অথৌ মমাঙদা চোংথোরকখিবা মতাং অমা পনবা য়াই,

"অদোন চকলাই ফাম্ভোনগী কংলা ফমগা থেংবা থাংলেন কোঙয়াং উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবনা কোঙয়াং ৱারেপ ফাবগুম নাউৱা লাংজেং মথোকলকপা হুয়েন লানবাম মহৈরকলিবা নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বা অথৌবনা কোন্না পাউখুমলকএ। শাবন লাম্থোঙশিন হুয়েন লাল্লম খঙদা ঈগুম মপু কোল্লোয় নয়াথংবু তাংজা লুদা থোংনা নদাইরেম ঐনা খোকলাং পমশিংনা তিমেন তা চায়নরুগে হায়না পাউ য়াখিয়ে" (চায়:, লা: ১১)। চাখা মোইরেম্বগী মথৌনা উবদা খুমন নিংথৌ থাগৎ ৱাহৈগা লোয়ননা ক্বা লান্দুনা মথৌ পাঙথোকপা ঙম্মবা য়াথং পীরম্মী। খুমন চাখা মোইরেম্বা মথৌ পাঙথোকপা ঙমজগে হায়না নিংথৌদা খুরুম্লগা ময়ুমদা হনখিরম্মী। নুমিদাং ময়ুমদা হল্লক্লগা মহাক্কী তালোয় মোইরাং চনু লৈমা নামুল খাম্বীদা মথং নুমিত্তা হৈরেম কাংবীশৃগা চায়নগদবগী ৱাফম অদু তম্লম্মী। লোয়ননা চায়নবা চৎপদা পুনবগীদমক চাকয়োম, য়ুনচিংবা থৌরাঙ তৌনবা য়াথং পীরম্মী। ৱাফমদু তাবদা লৈমা নামুন খাম্বীনা মখোয় অনীগী লুহোংবা চহী ফাদ্রিবা অমদি মমঙদা ফত্তবা খুদম চাংদম ফংবা মবম্না চায়নবা চৎহন্নীংদবগী ৱাফম থম্লম্মী। অদুবু লৈবাক নিংথৌ অমসুং অঙম অথৌ ময়ামগী মমাঙদা হায়দোকখিবা ৱাফম ঙাক্তবগী ইকাইবা নংগদবগী শরুক শিখিবনা হেন্না ফৈ হায়না খুমন চাখা মোইরেম্বনা নামুন খাম্বীগী ৱাফম অদু য়াবমদে। মতাং অমা পনবা য়াই,

"নথংলেন ঐদি নোংয়ায় খাথা লেংনা খোয়মা লাইথা ফম্বা লক্তা খোয়মা ইমায় ওন য়ামজেং ইনম মুকফররোইএ। ঐবু হয়েং নোংয়ায় ইপাচা খুমন ইয়েল্লুশিংনা মোমনু মওং মানবা নুজা মমান লৌবা অদোন চীননেনবা খুমন নাৱাংবনে হায়রগনে। তাংজা ইকাই ইয়াইশেনগোইএ। নোংয়ায় ইনিংথৌবু শোংকিএ। তৌইগুম্বসুঙ অশিবগা ইকাইবগা অনীমক্তি খমলাংপা ৱারী ইরেংপু ৱারীদা হায়রম্মে। অশিবনা মনাউনি ইকাইবনা ময়াম্বনে হায়রম্মে।" (চায়: লা: ১৪)। অসুম্না লৈমা নামুন খাম্বীনা হন্না হন্না হায়জবগা লোয়ননা খুজেং পায়দুনা খামজবা কয়া অদু চাখা মোইরেম্বনা য়াবা কৌবা লৈরমদে। অহোইনদুম শাফি লানফি শেত্তুনা চুংশেন মঙক্তা হুক্লগা তা পায়দুনা চায়ননবগীদমক শেম শারগা খা পাংনা খোংশানখিরম্মী।

মতৌ অসুম্না অথৌবা চাখা মোইরেম্বা অমসুং হৈরেম কাংবীশূ অনীদু হৈরেম মরাকশি কোনয়া থৈথোক পান্দা থেংনরম্মী। খুমন অথৌবনা হৈরেম অথৌবদা চায়নবগী ৱাফম অদু হৌদোক্লম্মী। অদুবু লৌশুবা লাকখিবা হৈরেম কাংবীশূগী তা অমদি চুং য়াওদবা মরম্না ময়ুমদগী খুৎলাইশিং অদু লৌবা চৎখিরম্মী। হৈরেম অথৌবনা ময়ুম য়ৌবগা মাগী নুপী শংলৌ এনখুরাংবীগী মফমদা খুমন অথৌবগা চায়নবগী ৱাফম অদু তন্নদুনা চাকয়োম অমদি য়ু থৌরাং তৌনবা য়াথং পীরম্মী। এনখুরাংবীনা চাকয়োম অমদি য়ুগী উতোংদা খুদম চাংদম য়েংবদা ফত্তবগী খুদম থোইনা উরমদে। অদুবু য়াম্না ফবগী খুদমসু ফংলমদে। অদুম ওইনমক মপুরোইবনা শামান লেংমান্নবা থেংনবদা মায় লৈদুনা চেন্দনবা থৌনা পীরম্মী। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"মোমনু শংলৌ এখুরাংবীনা তরা চয়োম্বা ৱাংলৈ খোমহানববু ফায়িগুম উনবী পূক্লীং থুংফাত্তে। শানিগিদি শাদোমপোক, লান্নিগীদি লানদোমপোকপু পাচুইএ। থংলেন ইবুংঙো তা-ও খোয়মা নমায় ওনগনু হায়না থৌদোংখিয়ে" (চায়:, লা: ১৭)। হৈরেম অথৌবা কাংবীশূনা ঙক্তা চুং য়াল্লগা খুত্তা তা পায়দুনা খুমন অথৌবা চাখা মোইরেম্বনা লৈহৌবা মফম অদু য়ৌনবা চৎখিরম্মী। মখোয় অনীনা চায়নগদৌরিবা মফমদু য়ৌবগা মতম মাঙহন্দনা চায়ননবা শেমশারম্মী। লমগী অশাংবা ওল্লবা মতুংদা খুমন অথৌবনা চায়নগদৌরিবা মফম অদু হৈরেমগী লম ওইবা মরম্না হৈরেম অথৌবনা হান্না তা হুনফম থোকই হায়রম্মী। অদুবু হৈরেমগী লমখৈ মনুংদা চায়নবুং লৈবা ওইরবসু মখোয় অনী চায়নবগী ৱাফম হৌদোরকপা খুমন অথৌবনা হান্না তা লংফম থোকই হায়না হৈরেম অথৌবনা ফোঙদোকখিবগী মতাং পনবা য়াই,

"নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বা অথৌবনা পাওমেল্লকএ। পাথৌ হৈরেম কাংবীশুও হৈরেম নরমখৈনে নঙনা হান্না তিমেন তা হুল্লো। হৈরেম কাংবীশুনা পাওমেল্লকও। হৈরেম ইপল লম খুঞ্জান ইপললমনিগুম্বসুঙ নোংয়ায় নঙনা হান্না হুয়েন লান শীংলৈএ। পাথৌ নোইরেম্বা অথৌবা-ও নঙদুম হান্না তিমেন তা হুল্লকও হায়খিয়ে" (চায়:, লা: ১৮)। হৈরেম কাংবীশূগী ৱাফম অদুদা অমুক য়েৎলুবা তৌদনা চাখা মোইরেম্বনা খুবাক্তা তিন থাক্লগা তা অদু চেৎনা

পায়দুনা লংবদা হৈরেম অথৌবগী খোংদোন্দা খর খেৎলম্লগা লৈমায়দা য়ুংখি। ৱায়েনগী মতুং ইন্না চায়নবা অদু খুমন অথৌবনা মায় পাক্লবনী। অদুবু মরৌ লৈবা হৈরেম কাংবীশূনা মীনমদুনা মথ্বাই হিংনবা হোৎনরম্মী। মোইরেম্বগী তানা খেৎখিবগী খোঙদোন্দা পক্লিবা ঈ অদু শম্পোৎ খোইবদা কাকফৈনা চীকখিবগী ঈনী হায়না মীনম্বা ঙাঙলম্মী। মহাক্কী ৱাফম অদু মীনম্বনী চিংনরদুনা ৱাফম অদুগী অচুম অরান হৈরেম লমদমনা নুমিৎ মঙানীগী মনুংদা লাইৱায়েন তৌরক্কনী হায়বা ৱাফম থম্লগা মোইরেম্বগা কাংবীশূগী তা ঙাইদুনা লৈরম্মী। হৈরেম অথৌবগী তানা খুমন অথৌবগী মবৃক্তা পান্দুনা ফূমদা লোংনা তুরম্মী। মহাক্না হায়জবগী মতুং ইন্না লৈমা নামুন খাম্বীনা হাপ্পীরকপা চাকয়োম অমদি য়ু অদু হৈরেম অথৌবগা চামিন থকমিন্নখি। মদুগী মতুংদা চাখা মোইরেম্বগী মঙক অদু কক্লগা শম অমদা হাপ্লগা হৈরেম অথৌবনা ময়ুম মায়কৈ পাংলকখি। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বনা খুবাক তিল্লাই মেন, খোকলাং পমশিৎনমা তিমেন তা হুনখিববু হৈরেম কাংবীশূগী শমু মখুদোনবু খিজিক খেৎনা তিমেন লৈদা তেনপাল্লে। ............ পাথৌ নোংয়ায় চাখা মোইবেম্বা-ও শমু খুদোনবু ঈঙাঙ খিজিক থোকপদি অসাই রৎ হাগাশোন তিত্তি ঙম্বগা য়াৎপদা খুনবী কাপতিং য়াইচানা ইমু তোংগচিংবগিবু তৌবনে পাথৌও হায়না পাউখুমখিয়ে। নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বনা পাথৌ হৈরেম কাংবীশূও কোরৌ নুমিৎ শীংবুম মঙানিদা হৈরেম নপন লমনা চুমশুনো হায়না ৱাশকনখিয়ে। তৌইগীদি পাথৌ হৈরেম কাংবীশূও তিমেন তা হল্লকও হায়না নোংয়ায় তনবা থবাক লোংনা য়াখিয়ে। খুঞ্জান অথৌবনা খুবাক তিল্লাই মেন তিমেন খাঙতপ পায়না ফেল্লকপবু অদোন মনুং মীৎ উনবী চফম লেং শোয়রেন ফুম্মী নমঙাননা লুতুরে হায়দবরা? .................. হৈরেম শমু খোঙতেকপা চৈশু পান্না থৌবা হৈরেম অকাংয়াং খুঞ্জান মকুয়াং হৈরেম কাংবীশূ অথৌবনা নোংয়ায় চাখা মোয়রেম্ববু থাঙলেন চেপনা চন লুরক কাংদৈ থি খৌনাউ লোনথোঙ লেল্লে। লাল্লু পোল্লম হান্না হৈরেম খেরে চী খুঞ্জান লাল্লুথেন্দা ৱাইথুংলে" (চায়:, লা: ১৮-২১)। হৈরেম অথৌবা ময়ুম য়ৌরবা মতুংদা মশক খঙদবা লাইওং অমনা নাদুনা তুম্বা চাবা

মফম খণ্ডলমদে। হৈরেম মীয়ামদা অচুম্বা ব্রাফম অদু ফোঙদোকপা ইকাইবদগী মতোমতা ওন্ন থোইনা অনাবগী চৈনা খাঙলম্মী। খুমন লমদা লৈমা নামুন খাম্বীনা য়ুমগী শুমাং মতোন্দা লেপ্তনা নুমিৎচুপ্পা য়াম্না ব্রানা মপুরোইবা চাখা মোইরেম্বা হল্লকপা ঙাইরম্মী। মতমদুদা খুমন শীংয়ানবশিংনা মপুরোইবগী অশেংবা পাউ অদু তম্লম্মী। পাউ অদু তাবদা লৈমা নামুন খাম্বীনা থম্মোই শোক্লা তেংথা নাওইদুনা কপ্পগী মতাংনী,

"লৈমা নামুন খাম্বীনা কোরৌ নোংবু য়েং মালেম লৈবু থীন্না তকলৌশীদং শোন নোংথম্বিচা ইরান্না খোয়জি নুয়া পায় ইচৌবীচা থা মাংনা হেকঙাই মপাউ চাউ পিরেম থরুকননা নুংওনখিয়ে" (চায়:, লা: ২২)। নিংথৌগী দরবারদা নুপী চঙবা য়াদ্রবসু মহাক্লা খুমন নিংথৌগী মফমদা চঙদুনা মপুরোইবা হাৎখিবগী লমন হৈরেম অথৌবা কাংবীগুগী মথক্তা খুম্বীনবা ব্রাকৎলম্মী। অদুবু খুমন নিংথৌ অমদি অঙম অথৌশিংগী মফমদগী মহাক্কী অপাম্বা অদু ফংবা ঙল্লমদে। মরম অসিনা মপাম লমদম কেগে মোইরাংদা হি তোংদুনা চৎখিরম্মী। কেগে উরা ঙানখম খুনগী মবুং মপ্পাশিংদা মপুরোইবা হাৎখিবগী লমন খুম্বীনবা হায়জরম্মী। মদুগীদমক মখোয়গী মীনাই ওইরবসু ওইজগে হায়রম্মী। মহাকপু থৌজানবীবগী মহুত্তা খুমন চাখা মোইরেম্বনা হিংলিঙৈ মতমদা মখোয়না লোক্তাক্কী লমদা ঙা ফাবা, লৌ উবা, শীং চনবা, য়েঞ্ছাং হেকপনচিংবদা অথিংবা পীখিবা কয়া অদু পন্দুনা মাবু করেম্নবীরম্মী। উপাই লৈত্রবী লৈমা নামুন খাম্বী ময়ুম খুমনলোমদা হল্লকখিরম্মী। মতম অসিদা অহল ওইরবী মপোক্লা পুমঙৌ ঙৌরবী অহল অমনা লাক্লুনা চাখা মোইরেম্বগী মনাওনিপা শা লান্দা হৈশিংবা মথৌনা মরিংজেন লৈবা নোংয়ায় শিখোং নিংথৌ কৌবা অমা শিখোংদা লৈ হায়না তাক্লম্মী। মদুগা লোয়ননা মনাওনুপাদুনা ময়াম্বগী লমন খুম্নবা মাগী মফমদা চৎনবা পাওতাক পীরম্মী। ব্রাফম অসি তারবা মতুংদা থিম্বুবা তৌদনা শিখোং নিংথৌগী লৈফম থিরম্মী। লম্বীদা থেংনবা নুপী অমনা তাকপদগী মনাও নুপাগী লৈফম খণ্ডলম্মী। মনাও নুপাগী মনাক য়ৌরবদা থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক লীদুনা তাহল্লম্মী। ময়াম্বা হাৎখিবগী পাউ তাবদা লমন খুম্নীংবনা ইখৌ লাংলবা শিখোং নিংথৌ মতৈমগা লোয়ননা খুমন লমদা লাকখিরম্মী। ময়ুম য়ৌরবদা

মনাও নুপাগী চযোম অমদি যু থৌবাং তৌবম্মী। অফবা মায পাকপগী খুদম চাংদম ফংলবদা লানফমদগী মায় ওন্দুনা চেন্দনবা হাযবগা লোযননা মনাও নুপাবু মথৌনা হাপ্পল্মী। শিখোং নিংথৌসু মযাম্বগী লমন খুম্বা ঙম্নবগীদমক মতৈমগী মফমদগী নিবম্মী। অসুম্না শাফি লানফি শেত্তুনা থাঙ তা চুং পুবগা মথৌ পাঙথোক্লবগীদমক শিখোং নিংথৌ খা পাংনা চৎখিবম্মী। হৈবেম লম যৌববদা যেঙ্খ্লাং থিবীশিংদা হৈবেম অথৌবা কাংবীশূগী লৈফম হংলম্মী। নুপী অদুগী মফমদগী হৈবেম অথৌবদি মযাম্বা চাখা মোবেম্বগা চাযনকবা হল্লকপদগী লাইশক লাইওং খঙদবা লাযনা অমনা মবম ওইদুনা শিখিবা নুমিৎ মঙানী শুবে হাযবা খঙলম্মী। মথং নুমিত্তা মহাক্কী হকচাং অদু মংদা থিন্দুনা হৌনবী মথৌ মঙম পাঙথোকপা তাবম্মী। শিখোং নিংথৌবনা মহাক্কী খুৎশু খুৎলাই পূম্নমক হৈবেম লমখৈদা লোত্তুনা থন্নম্মী। যুম অমগী ফক্লাং মযাদা লোত্তুনা লৈবিঙৈদা মযাম্বগী অককপা মকোক লৈফম অদুগী মবমদা মৈবা থান্দুনা অহিং যাবেকপা মীওই খবনা ৱাবী শান্নবা অদু তাবম্মী। খোযশাওনববা শিখোং নিংথৌনা মীযাম মাঙদা চোংথোক্তুনা শক তাক্লগা অহিং যাবেকপগী মৈবা অদু মুৎথৎপগা লোযননা হৈবেম খুঙ্গংগী যুম কযা মৈ থাদোক্লম্মী। মীযামগী মীকপ মীবাউখোন্না খুন অদু পুমনিন নিল্লম্মী। অহিং অদুদা হৈবেম কাংবীশূগী অশিবা হকচাং থল্লিবা মফম অদুদা চেনখিদুনা কু মনুংদা যাওবিবা হৈবেম কাংবীশূগী মঙক কক্লম্মী। লোযননা মফম অদুদা লৈবম্বা পূং যৈবা লেংনাও হাওখোম্বা অমসুং শৈশকপা হৈবেম খোংতেক্কী মঙকশিংসু কক্লম্মী। মদুদসু নত্তনা হৈবেম পাখংমচা অনীসু ফাবম্মী। মযাম্বগী মকোক অদু শমদগী লৌথোক্লগা নাহোং অমনা পোবগা হৈবেম খুন লাম্থোক্তুনা খুমন লম পাংলকখি। শিখোং নিংথৌনা মযাম্বগী লমন খুম্নবা হোৎনবদা উৎখিবা থৌনা অদুবু অদুম্না শৈথাবি,

"তকলৌশিদংশোন তিল্লাং মখোয শাউনা যাইবী কলহৌনিক নমু মীয়ামলক্তা চোংথোক্লে। ঐনে নোংযায চাখা মোইবেম্বগী মশানৌ নোংযায শিখোং নিংথৌবনে হাযনা হৈবেম ইনং মিশেংখাঙবগী শীংচেপ মৈবা হাইজৌ মুৎনা হৈবেম লৈকাই মপান শাংবু খাম্বী মৈগা থাদোকলে। চকখোম মথিনাই থুমবী মৈমাংওন হুযেন লানশীং মুৎলে। মৈবী তাঙ্গোযববগীদমক মযুম হৈবেম

মনিন নাইবদি থিংবা য়ামনা লাঙতেকনা, কৌজেং মায়না মীচিক্তরে। নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবনা ইনুং শোয়ায়মদা য়াংলৌ তানবন চেনগানা, শাশং য়ুঙেরান তোংজেং কুয়ায় নুংগী হৈরেম কাংবীশূ অথৌবা ইমলেন য়াইবী তুমলববু লূরক কাঙদৈলি খৌনাউ লেম্থোঙ লেল্লে। হৈরেম খোঙতেক অশৈবা লেনাউ হাওখোম্বা হাওদং পুংদোইবনা ইনুং শোয়ায়মদা থানবন লাইয়িঙাম্ববু থাঙলেন চেপনা চন, লুরক কাদে থি খৌনাউ লেনলকএ। হৈরেম শোইথিংনাউ খুঞ্জানশোই মনাউথুং লোকলকএ। মশাবী নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বগী লাল্লু পোঞেংনুংগী শীংচেপ মৈরা থানববু চরৈ নাহোংশা পাইখু লেংহান্ননা হৈরেম পাম্থোঙবু কান্না চোংলকলে" (চায়: লা:, ২৯-৩০) মতম অসিদা লৈমা নামুন খাম্বীদি মানা শিল্লুবা খুজিন থৌরাংনা মরম ওইদুনা মনাউ নিপা শিখোং নিংথৌবা হৈবেম খুন্দা শিপ্পবরা হায়দুনা কপ্পল্মী। মমান্নবীশিংগী মফমদা মহাক্কী মমঙগী অফবা খুদমগী মরমদা তম্লদুনা লৈমা নামুন খাম্বীনা মনাউনিপাবু উচিৰাদা ঙাইমিন্নরুনবা হায়জরম্মী। তানজা অসিদা শিখোং নিংথৌবা ময়াম্বগী মকোক নমদা পোরগা মখুৎনা য়েক্লবা হৈরেম কাংবীশূগী অককপা মকোক পাযদুনা মতৈমগী মনাক্তা য়ৌরক্লম্মী। লৈমা নামুন খাম্বী মপুরোইবগী মকোক অদু কোন্দুনা কপ্পল্মী। অসুম্না ময়াম্বগী লমন খুম্বা ঙম্বা হৈরেম কাংবীশূগী মঙক ককখিবা হৈরেম ঙম্বনী হায়দুনা খুমন নিংথৌগী অচানবা মনাই ওইনা লৈখি।

খুমন অথৌবা চাখা মোইরেম্বা অমসুং হৈরেম অথৌবা কাংবীশূ অনীনা চায়নখিবগী ৱারীদা লৈমা নামুন খাম্বীনা মপুরোইবগী লমন খুম্লবা হোৎনবদা লৌখিবা থৌদাং অদু মরীক চুম্না য়াওরি। মহাক্কী অখাঙ কনবা অমদি হোৎনবা লেপ্তুবা অদুনা মরম ওইদুনা খুমন কাঙবুদা তত্তনা চৈথেং পীরম্বা হৈরেম কাঙবুগী নাপল থুদেকখি হায়বা য়াই। খুমন নিংথৌদগী চিংনা অঙম অথৌ পূম্নমক্না কিনরবা হৈরেম কাংবীশূগী মথক্তা লমন খুম্লবা হোৎনখিবী মহাক্কী থৌনা শীংথাবা য়াই। মসিনা অঙনবা মনিপুরদা নুপী কয়ানা মতিং মথৌনা পুথোক্তুনা মহাক্কী কাঙলূপ, লৈবাক মপু অমদি মপুরোইবগী মিংচৎ অমদি পাঙ্গল ময়েং তাহন্দবা হোৎনবদা মরু থৌদাং লৌরম্মী হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলী।

লৈমা নামুন খাম্বী খুমন অথৌবা চাখা মোইরেম্বগী তালোয়নী হায়বদা মতীক চাবীনী। মহাক ৱাখল লৌশিং চঙখোনবী, থৌনা লৈবী মতম খুদীংমক্তা মপুরোইবগী অশোয় অঙাম থোক্তনবা শেন্নজবী নুপীনী। মহাক মতীক মগুন লৈবী য়াম্না চেকশিনবী, পোরম পোমিৎ খঙবী অমদি তুংদা থোক্লক্কদবা কয়া শান্না খঙবা ঙম্বী অমনী হায়বা য়াই। হৈবেম কাঙবীশূগা চায়নবগী ৱাফম লৈবাক নিংথৌ অমসুং অঙম অথৌ ময়াম তিনবা মীফমদা যাথোক্লম্বগী ৱাফম মপুরোইবা চাখা মোইরেম্বনা মফমদা পাউদমখি। মতম অদুদা মহাক্না মপুরোইবগী ৱাফম অদু হ্রাউ হ্রাউনা যাবা ঙল্লমদে। মবমদি হৌখিবা অহিংদা ফত্তবা থৌদোক থোক্লককপা য়াবগী খুদম চাংদম পীবা মঙ অমা মঙলম্মী। মহাক্কী নাদ য়ানবা নাইন, ফনেক অমদি কোকশেৎ অদু তুবেল মপান্দা চৎলিঙৈদা ইশিংদা তারম্মী। শীংনাং অমনা লৌখৎনবা হোৎনবদসু মায পাকপা ঙমখিদে। অসুম্না মাগী ওইবা মপোৎ মরল মাঙখিবা হায়বসি মাগী মফমদা মপুবোইবগা মাগা শেৎন খাইনবগী মঙতাক পীবনী হায়না লৌবম্মী। মঙগী থৌদোক অদুগা শাফম লানফম চৎলুনবগী পাউদম অদুগা যাম্না নক্না মবী অমা লৈমা নামুন খাম্বীনা শাগৎপা ঙল্লম্মী। মরম অদুনা লানফমদা চঙলুগদৌবিবা মপুবোইবগী মায়পাকপগী খুদম উবা ফংদবদগী চায়নবা চত্তনবা খাম্বনী হাযবসি শৈথারম্বা মতাং অসিনা ময়েক শেংনা তাকই।

"ইথংলেন নঙদি হৈরেম কাংবীশূবু চাযনা খোঙফেন্নগে কবি পাউ য়াকবনো হায়না ৱাওইঙম্মে। নরুম ঐগী ঙবাং খোমলেন মঙলান চান্দা তুবেন নামদুকুম লৈবাই খায়ি তাবদা চোমলাং কাওবী ইনাশিবু লাইজা ঈদা তাখিববু শীংনাং কৌরোং শানা লাম্ববু লাময়োল্লে। নোমনু মাল্লৌ ইকান্নবাসুঙ লাইজা ঈদা তূমলম্মে। মোমনু মাল্লৌ কোকথেং ফিদা চাবা পাইথুবা লমফংদববু ঈরোইননা তাউথখিয়ে। খোমলেন খৈনা মঙলান চানবু ফত্তে। থংলেন ইবুংঙো তা-ও লাল্লোই মীঙাথোক শবেন মীশুংলাংগীবু ওইবগনে" (চায:, লা: ১৩)। মহাক্কী ৱাফম অদুনা মপুরোইবগী ফিবেপ অদু হোংহনবা ঙমদ্রবদা মখোয়গী শুমাঙদা মচিঞ্জাক খুন্দুনা লৈজবা য়েন্নাও মচাবু চীংকাকলেন কাকলেন লৌকামু কৌবা তমথীরবা উচেক অমনা লাকখিবগী মঙ অদু অমুক হন্না তমজরম্মী।

মদুনসু কান্নবা ফংদ্রবদা চয়োম অমসুং য়ু থৌরাং তৌরম্মী। চয়োম অমদি য়ুগী উতোং অদুনা ফত্তবা থৌদোক থোক্লকপা য়াবগী খুদম পীরম্মী। মরম অদুনা অরৈবা থৌনা পূম্নমক খোমজিন্দুনা মপুরোইবগী খূদাং পায়দুনা চায়নপৃংদা চত্তনবা খামখিবগী মতাং অমা পনবা য়াই।

"মোমনু তাল্লোয় মরুম্বীনা তরা চাকয়োম্বা ৱাংলৈ খোমহানবদা পাদম্বসুং পাচুদে। থংলেন ইবুংঙো তাও তঙঙাইও হায়না খুজেং হংজি পায়না থৌখাম্ববু থৌখাম ঙমদখিয়ে" (চায়:, লা: ১৪-১৫)। পূম্নমক অসি মপুরোইবগী পুক্সিগী খোঙথাং খূদিংমক অশোয় অঙাম থোক্তনবা নুপী ওইবীশিংনা কৃপ্না শেন্নদুনা লৈরম্মী হায়বগী ময়েক লারবা খুদম্মী। পূম্নমক অসি ওইদুনসু নুপা অমা ওইবগী হায়দোকখিবা ৱা ঙাক্লা চৎলগনী হায়বা অচেৎপ ফিরেপ লৌখিবা মতাংদদি অয়েৎপা অমুক হন্না পীরমদে।

নুমিৎচুপ্পা য়াম্না লাঙতক্লনা নুংশা থীনা মপুরোইবা হল্লকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী। মতম অদুদা খুমন শীংয়ানবশিংনা হৈরেম অথৌবগী খুত্তা মপুরোইবগী থৱায় মাঙখিবগী ৱাফম অদু তম্লম্মী। পাউ অদুনা মহাকপু থম্মোই শোকহন্দুনা তেংথা নাওইনা কপ্লম্মী। অদুবু মদুমক্লা মহাকপু মতোমতা শিজগে থৌরাংবগী ফীবম লৈরমদে। অসুম্না পাঙ্গল শোনবীগী মতৌ উৎপগী মহুত্তা অরৈবা থৌনা পূম্বা খোমজিল্লগা লৌনম্বা হৈরেম অথৌবা কাংবীশূগী মথক্তা লমন খুম্নবা মখল মখাগী থৌরাঙ কয়া পায়খৎলম্মী। মহাক্কী থৌরাঙ অদু মায় পাক্লবা হোৎনবদা অকি তুজুং, ইকাই ইকি থাদোক্তুনা হৌনবা হৌনদবা থিরুদনা হোৎনরম্মী। মতমদুদা নিংথৌগী দরবারদা নুপী চঙবা য়ারমদবগী ৱাফম য়াওবা মতাং থেংনৈ। অদুগুম্বা চৎন কাঙলোন অদু থুগায়দুনা খুমন নিংথৌগী মনাক্তা চঙদুনা খুমন চাখা মোইরেম্ববু লৌনম তৌদুনা হাৎখিবা হৈরেম অথৌবা কাংবীশূগী মথক্তা লমন খুম্বীনবা ৱাকৎলম্মী। মতাং অসিবু অসুম্না শৈথারি,

"লৈমা নামুন খাম্বীনা নোংয়ায় কংলা তোংলেংয়ায়দা ৱা হমখিয়ে। ইনিংথৌ অদোন পুনশিবা-ও নদাইবেম থংলেন ইনেম মচা চাখা মোইরেম্বদি নোংয়ায় নিংথৌ নথৌথাগী হৈরেম মপুঙয়ায়দা নোংমল্লে। লৈকাই পুজরুক লাংবন অওল্লুক, খোংনাং মায়তেকপা ফানা লুককুম চেঙবুম মনাউ তোনগুম্ববু

লনশিংবিও। নুজা মতিক নত্তনা, মংলেন নুংশি মৈনা কংলা ৱাফোংলুইএ" (চায়:, লা: ২২-২৩)। অমরোমদা মহাক্না কোনুংদা চঙদুনা মপুরোইবা হাৎপগী লমন খুম্বীনবা ৱাকৎলুবা অদু মরন্নাই ৱাফমখক্কী নত্তনা খুমন পূম্নমক্কী পাঙ্গল অমদি মিংচৎ ময়েং তাদনবা লৈঙাক সাসনগী থৌ পুরিবা নিংথৌ অমদি অঙম অথৌশিংদা অকনবা শাফু অমা পীখিবনী হায়বা য়াই। হৈরেম অথৌবা কাংবীশূগী মতীক ময়াইবু কিদুনা তুমিন পঙশিন্দুনা লৈরিবা লৈঙাকলোয়শিংদা থৌনা হাপ্লবা হোৎনরম্বনী। তশেংবদি চাখা মোইরেম্বনা চায়নখিবা অদু মরন্নাইগী ওইবা ৱাফম নত্তে। হৈরেম কাঙলূপ্না খুমনবু থওই উশিত্তবা অদুগীদমক লৈবাক নিংথৌগী য়াথং ইন্দুনা পাঙথোকখিবা থবক্নী। মদুদগী হৈরেমগী লৌনমলাংদা থুখিবনী। হৈরেম কাংবীশূগী নাপল থুদেকপা ঙমদবা হায়বসি খুমন পূম্নমক্কী ময়েং তাবগা লোয়ননা মায় খূবনী। মরম অসিনা লৈমা নামুম খাম্বীনা মপুরোইবা অমদি খুমন কাঙলূপকী মিংচৎকীদমক মানা ফংবা য়াই খনবা চৈরাক্তু করিমত্তা কিদনা থৌরাঙ পূম্নমক নুপীমক ওইরবসু মহাক মথৌনা লৈবী অমা ওইবগা লোয়ননা পাঙথোক্কে নীংবা থবক্তা নীংহন্নবা য়াওদনা হোৎনরম্মী। খুমন নিংথৌ অমদি অঙম অথৌশিংনা মহাক্কী ৱাকৎ অদু তাবীদ্রবসু মহাক্না পাঙথোক্কে হায়না নীংবদা নীংহন্নদনা থেংনরম্মী। অতোপ্পা উপাই ওইনা মাগী অনীংবা অদুদা মতেং পাংবীনবা অথৌবা মীশক অদু থিরুনবগীদমক হি তোংদুনা মপাম লমদম মোইরাংদা চৎখিবা মতাং লৌখৎপা য়াই,

"লৈমা নামুম খাম্বীনা চরৈ লুখুম চাউ পিরেম খকমাতানা কেগে মপনলম মোইরাং মতা লমদা ৱাকয়ে খোঙওইননা ৱায়রা শানেকখি, হুয়েন লান্নেকখিএ, কেগে উরা ইতৈঙাই ঙানখম ইনাউ ঙাইশিংও। থংলেম য়াই ইনেম মচা চাখা মোইরেম্ববু লমলেন হৈরেম মরাকশি কোনয়া থৈথোকপদা নোংহামলে। থংলেনগীদমকপু লৈকাই পুজরুক থোংনাং মায়তেকপা মান্নরুক্কম্ববু লনশিংবিয়ু, হৈরেম কাংবীশূ চায়না খোঙফেন্নবিও মোমনু ঐদি তযুম ননাই ওইগে হায়না থৌনেকপবু হোয় য়াদে" (চায়:, লা: ২৩-২৪)। মতাং অসিদসু মোইরাং মবুং মপ্পাশিংদগী অথীবা মীচৈ নত্তনা কান্নবা ফংলমদে। হন্না হন্না মাযথীবা ফংলবসু

মহাক্কী অহনবা লৈতবা থৌনা, হোৎনবা কনবা অমসুং নীংহন্নদবা অদুনা মরম ওইদুনা চাখা মোইরেম্বগী পোকমিন্নবা মনাও শিখোং নিংথৌবগা থেংনদুনা শিখোং নিংথৌবনা হৈরেম কাংবীশূগী মগুক ককপগা লোয়ননা হৈরেম কাণ্ডবু নৈখায়রম্মী। অসুম্না হৈরেম্বু থেংনবা ঙম্বা অথৌবা অমা ওইনা শিখোং নিংথৌগুম্বা অমা খুমন্দা লাকপা হায়বসি খুমন পূম্নমক্কী লেমজনফম ওইরম্মী। মসিমক্না মরম ওইদুনা শিখোং নিংথৌনা খুমনগী লৈবাক ঙাক্লোনগী থৌরমদা মফম অমা ফংখিবনী হায়বা য়াই। মতমদুদা হৈরেম কাংবীশূ মরম ওইদুনা খুমনশিংনা মনীং তম্না থৌশু থৌচৎপা ঙল্লমদে। মরমদি মহাকপু থেংনবা ঙম্বা অথৌবা খুমন্দা তাঙলম্মী। অসিগুম্বা ফীবম অসিদা চাখা মোইরেম্ববু মায়থীবা পীখিবা অসিনা খুমনগী পাঙ্গল অমদি মিংচৎ ময়েং তারম্মী। অদুবু শিখোং নিংথৌবনা ময়াম্বী লমন খুম্বা ঙমখিবা থৌদোক অদুনা খুমনগী মাঙলুরবা মিংচৎ অমদি পাঙ্গল অদু হিংগৎহনখি হায়বা য়াই। শিখোং নিংথৌবু খুমন নিংথৌগী অচানবা মনাই ওইনা থমখিবগী মতাংবু অসুম্না শৈথারি,

"অদু নোংগীবু হৈরেম খুঞ্জান ঙম্বা, হৈরেম কাংবীশূ অথৌবা শাজং যুঙৈলানগী, খুঞ্জান য়াওনশাংবু কাইনা হুনবা, হৈরেম থোংথোক অশৈবা শেনাউ হাওখোম্বা হাওদং পুংদোইবা থানফম লানয়িনবা ফাবদি নোংয়াই মনিংথৌনা মোইচান্নখিয়ে" (চায় লা:, ৩২-৩৩)

অসুম্না খুল্লোন্নবা কাঙলূপ অনী হায়বদি খুমন অমসুং হৈরেম খুঞ্জান অনীগী অঙম তান্নবগী লানফমদা শিখোং নিংথৌনা অনৌবা খুমনগী মায়পাকপগী পুব্রারী অমা শেম্বা ঙমখি। পূম্নমক অসি লৈমা নামুন খাম্বীগী হোৎনবা লেপ্তবগী মহৈনী হায়বা য়াই। মহাক্না পাঙ্গল শোনবী নুপী অমগুম্না ওন্না থোইনা কপ্তুনা খাঙলম্বা নত্রগা মথন্তা শিজরম্বা থোক্লবদি পূম্নমক অসি ওইরমদবা য়াই।

ইমুং মনুংগী থবক থৌরম কায়দনা পাঙথোকপগা লোয়ননা মপুরোইবগী অনীংবা অপাম্বা পাঙথোক্লবা হোৎনবদা অঙম্বা মতেং পীদুনা মনীং থুংহন্নবা হোৎনখিবী নুপীনী হায়বা য়াই। মদুদগী হেন্দোক্তুনা হৈরেমগী নাপন থুদেক্তনা খুমনগী পাঙ্গল হেনগৎনবা হোৎনবদা মরুওইবা থৌদাং লৌখিবী অমসুনী। লেপ্তুনা শোক্লবা কাঙলূপ কয়াগী লাল অমদি মদুগী ইচেলদা অথৌবা চাখা

মোইরেম্বগী তালোই অমা ওইনা মপুরোইবগী থৌনা লিংজেল অদু ঙাক্কুনা থম্লম্বগী ময়েক লারবা খুদম্নী। মদুগীসু মথক্তা হৈরেম কাংবীশূবু কিবদগী খুমন্না মঙক নোন্না হিংবদু পাম্লমদে হায়বদু উৎলী। চাখা মোইরেম্বগী অনীংবা অদু মহাক্না পাঙথোকহনখি। মমৈদা মায় পাকখি। মনাও নুপা শিখোং নিংথৌবাবু খুমন নিংথৌগী অচানবা মনাই ওইনা লৌশিনখিবা অসিমক লৈমা নামুন খাম্বীদা ইকাই খুম্নবা উৎপনী।।

# ৱারোইশিন

অসুম্না অঙনবা মতমগী মনিপুরদা তোঙান তোঙানবা কাঙলূপ কয়ানা খুৎকন পাঙ্গন্না মাগী মাগী লমখৈ খায়দোক্তুনা পাল্লম্বগী পুৱারীদা মখল মখাগী হীরমদা লেপ্পা লৈতনা লান শোক্লরম্মী। মসিনা কাঙলূপ অদুগী পাঙ্গল অমদি মিংচৎ হেনগৎনবা চাংয়েং ওইনা লৌনরম্মী। শালান্দা থৌবা মীশক অমা ওইনবগীদমক থাঙ তা শাফা লানফাগী মহৈ মপুঙ ফানা হৈবা তারম্মী। মহৈ অসিবু মপুঙ ফানা হৈরবা মীশক অদু লৈবাক ঙাক্লোনগী হীরমদা অৱাংবা ফিদা ফংবগা লোয়ননা সমাজনা মশক খঙবা ইকাই খুম্নবা মীশক ওইরম্মী।

অমরোমদা নুপানা মপু ওইবা সমাজগী চৎনরোলগী মনুংদা কাঙলূপ খূদীংমক্কী মান্নবা চৎনপথাপ লৈরম্মী। হীরম কয়ামুক্তা নুপানা ফংবা ফিদা নুপীশিংনা ফংবা ঙল্লমদে। মরু ওইনা নুপীনা লৈঙাক মপু ওইবা অমদি অঙম অথৌ ওইদুনা লৈঙাক ৱায়েলগী থৌদা পুবদা শরুক য়াবা ঙল্লমদে। অদুবু ফিশালোনশা, লৌশুবা, অমদি ইমুং মনুংগী ওইবা থবক থৌরম কয়াদা নুপীশিংনা মপুঙ ওইবা থৌদাং লৌরম্মী। মপু মনাইগী চৎনবী লৈবা সমাজদা নুপানা মপু নুপীনা মনাই ওইবগী মওংদা লৈরম্মী হায়বা য়াই। মপুনা অকনবা কাঙলূপনী হায়বগা লোয়ননা মনাই ওইবশিংনা অশোনবা কাঙলূপকী মনুং চন্না তুশোন মাশোন্না হিংলম্বগী মতাং কয়া উবা ফংই।

অসুম্না তুহৎপীবা অমদি ওৎপী নৈবীবগী চৈথেং ফংলবী নুপী কয়াগী ৱারী অরিবা পুয়াশিংদা য়াওই। মখোয়শিংগী মরক্তগী লৌখৎলগা নৈনরিবা নুপীশিং হায়বদি পাম্হৌইবী, পেতঙঙা লীকলু লৌ-থিবী, খুমন চনু চকপা ঙম্বী শম্ফাবী, মৈতৈ চনু চীঙখৈ ললউনথানবী অমসুং মোইরাং চনু লৈমা নামুনখম্বী মখোয় মঙানা নুপীশিংবু ওৎপীনৈবীবগী চৎন পথাপ অমদি তমথীরবা লালগী মায়োক্তা থৌনা ফনা লেপখি। লোয়ননা তোঙান তোঙানবা হীরমদা মাগী মাগী অঙম্বা থৌদাং লৌদুনা মাজাতিগী মিংচৎ অমদি পাঙ্গল হেঙ্গৎনবা লেপ্পা লৈতনা হোৎনখি।

মঙাং নিংথৌ মচানুপী পাম্হৌইবীনা নুপীশিংবু হীরম কয়ামুক্তা অকক্লবা চৎন পথাপ খরগী লৈই মনুংদা নমশিন্দুনা থম্বগী মায়োক্তা শীংনবা হৌরকখি।

মনীং তম্মা মশাগী অনীংবা অপান্বা অদু পাঙথোক্লম্মী। মদুগীসু মথক্তা লৈঙাক্লোনগী অকুপ্পা অরুবা কাঙলোন কয়া অদু মমুৎ তানা খঙবী অমা ওইরম্মী হায়বা য়াই। মরমদি কংলাদা পানখিবা খাবা কাঙবুবু ময়াই চায়থহন্নবা থৌরাঙ ওইনা নোংপোক নিংথৌগা নোংমাইজীংদা পাল্লবা মতুংদা লাই ময়ামগা মীচঙ চুঙশিন্নবগী থবক লৌখৎলম্মী। নমথবীদুনা থল্লবা নুপীশিংনা সমাজদগী ফংলম্বা ইকাই খুম্নফম ওইবা ফিদা হায়বা তারগদি 'মাইবী' গী ফম পাইরিশিংনী হায়বা যাই। থোক্লক্কদবা থৌদোক ৱাথোক কয়া তুংশান্না উবা ঙম্বী মীগা লাইগা অনীগী মবক্তা পাউ ফাওনহনবা ঙম্বী মাইবীগী ফম অদু পাইরম্বা মবম্না পান্থোইবীনা লাইবেম্বীগী থাক য়ৌবা ঙমখিবনী হায়বা যাই। নুপীমক ওইববসু নুপা অমনা পাঙথোকপা ঙম্বা থবক কয়া পাঙথোক্লম্বী মান্নবা খুন্নাই অমা শেমগৎনবা হোৎনরম্বী নুপী অমনী।

শেল্লোয় লাংমাইচনু পীতঙঙা লীকলু লৌথীবী মীনোক মৈশা কয়া মতম কুইনা খাঙলবা মতুংদা নৈহৎপীবগী ওৎপীবগী চৈনানা মবম ওইদুনা খাঙঙুথক্তা কেমখ্রবীনী। মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্থৌবগী মহুৎ শিনবীনবা মতোমতা ঙাইরবা নাউথিংখোংবু মাঙখি তাখিদনবা হোৎনবদা মশাগী ওইজবা পুম্নমক থাদোকখিবী নুপীনী। মহাক্কী লৌশিং অমদি অখাঙকনবনা মবম ওইদুনা কংলাগী ফম্বান কাবগদবা মীশক অদু কনবা ঙমখি। মদুদসু নত্তনা মহাক্কী লমজিং লমতাক্লা মবম ওইদুনা নাউথিংখোংনা তুংগী ক্ষীবম ফাওবা শেম্বা ঙমজখি। মরমদি খুমন অমদি মোইবাংগা চারৌ মৌরৌনবগা লোযননা লুৱাং নিংথৌনা মহাক্কী ওজা ওইখি। মৈতৈ নিংথৌমচা নাউথিংখোংগীদমক অৱাবা কয়া খাঙলক্লবী পীতঙঙা নাউথিংখোংনা ফম্বাল কাবা য়াওনবগীদমক ইকাই ইকি ৱাংমা লান্না লাক্লম্মী। অদুবু লৈমরেন ফমথোন্দি খুৎকন পাঙ্গলবা খুমন নিংথৌগী মচানুপী কৈরুংহাংবীনা ফংলম্মী। অসুম্না খুৎকন পাঙ্গলবা কাঙবুনা খুল্লিংবা মতমদুগী সমাজদা অশোনবা কাঙবুগী মফম লৈবমদ্রবদা পেন্দবা ফোঙদোক্তুনা পীতঙঙা লীকলু লৌথিবী মথন্তা শিজখি। অকনবা কাঙবুগী মাযোক্তা অশোনবশিংনা হৌখিবা কৎথোকপগী ইহৌনী।

খুমন চনু চকপা ঙম্বী শম্ফাবী অমসুং মৈতৈ চনু তম্ফা চীঙখৈ থানবী অনীনা খুমন অমসুং মৈতৈগী অচেৎপা মরী শাগৎনবা হোৎনবদা মশাগী অনীংবা অপাম্বা ফোঙদোকপা ঙমখিদে। মতমদুগী সমাজগী চৎনরোল অদুদগী লৈই অমা ফাওবা হেন্দোক্নুনা চৎখিদে। অদুবু অকনবগী কাঙলূপ্তা চল্লিবা নুপা অদু তৌগে হায়বতা ঙম্বা মৈতৈ নিংথৌগী মফমদগী তমথীবা চৈরাক ফংখিবী তুশোনবা কাঙলূপকী মনুং চন্না লৈবী খুমন চনু চকপা ঙম্বী শম্ফাবীনী। মরাল লৈত্রবসু অশোনবা কাঙলূপ ওইরম্বনা হায়দোকখিবা ৱাফম হোংবা য়াদ্রবা অকনবা কাঙবুগী মখুত্তা পুন্সি লোমখিবনী। অদুগা নাকন অমরোমদা ঙমই হায়বগী মতাগুম মপাগী মথক্তা লমন খুম্বা ঙমদ্রগা মচা নুপী চীংখৈ ললউন মানবীগী মথক্তা খুমন নিংথৌ অকনবনা লমন খুমখি। অসুম্না নুপী অনীমক নুপা অনীগী য়াথংনা চপ মান্নবা মীহাত্তা তমথীবা মওংদা তরেংয়োৎনা লৱাই লেম্ফুদা থিন্দুনা থৎখি। শুপ্নম মাসনগী চুপ্লি পায়রিবা নিংথৌনা পীখিবা য়াথং অদুগী মায়োক্তা কনাসু চোংথোকপীরমদে। উপাই লৈত্রবী পাঙ্গল শোল্লবী অনীগী ৱাকৎ কনথৌরবা শা শন্দা হৈশিংলবা অঙম অথৌ কনাসু মখোয় অনীগী পুন্সি কন্নবগীদমক পাঙ্গল থোক্লা চোংথোপীরকখিদে। মখোয় অনীগী অৱাবা উবীনবা অমসুং ৱাকৎ তাবীনবা কনামত্তা লৈরমদে। অকনবা কাঙবুনা মতু শোনবশিংবু তুহৎপিবগী ময়েক শেংলবা খুদম্নী।

মোইরাং চনু লৈমা নামুন খাম্বী মরাল লৈতনা হৈরেম অথৌবা কাংবীশূগী লৌনম্লাংদা থুদুনা পুন্সি পিখম্নখ্রবা মপুরোইবা খুমন অথৌবা তাখা মোইরেম্বগী লমন খুম্নবা হোৎনবদা অহনবা লৈতনা হোৎনখিবী নুপী অমনী। অচুম্বগীদমক চপ চাবা ফিরেপ লৌদুনা মদু পাঙথোক্নবগীদমক থৌনা অমসুং নীংহন্নবা লৈতনা হোৎনখিবা কয়া অদুগী মহৈনা হৈরেম খুঞ্জান কাঙবুগী হাইগৎলম্বা মঙক অদু অসুম্না শোৎথবা কাঙলূপ্তা লৈরম্বা নুপী কয়াগী লোত্তুনা লৈরিবা মথৌনা মরিংজেল অদু ফুদোকখিবগী অমদি কখোকপগী মরমদা শৈথাদুনা ইরম্বা পোখোকশিংনী। অসিগুম্বা লাইরিক কয়া অসি নৈনবনা অঙনবা মতমদা লৈরম্বা নুপীশিংগী থাক অদু চাউরাক্লা শাগৎপা ঙম্মী। মসিনা মনিপুরগী পুৱারী শেমগৎপদা মরু ওইবা মচাক ওই।।

## নৈনখিবা লাইরিকশিং:


১। শ্রী মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, পান্থোইপী খোংকুল, ইম্ফাল, ১৯৭২।

২। শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা ইম্ফাল, ১৯৬৭।

৩। ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র, থৌৱান থাবা হিরান, ককচিং, ১৯৭৮।

৪। শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, চায়নরোল, ইম্ফাল ১৯৬৮।

৫। ওইনাম তোগেশ্বর, নুমিৎ কাপ্পা, ইম্ফাল, ১৯৭৭।

৬। শ্রীনাওরেম অমুয়াইমা সিংহ, পান্থোইবী নাহেরোল অমসুং অমন শিকুমলোন, ককচিং, ১৯৭৭।

৭। শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, অরিবা মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, ইম্ফাল, ১৯৬৯।

৮। লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, চৈথারোল কুম্বাবা, ইম্ফাল, ১৯৬৯।

৯। ও: ভোগেশ্বর সিংহ, নিংথৌরোল লম্বুবা অহানবা শরুক, ইম্ফাল, ১৯৬৭।

১০। এল: অশোক কুমার, অরিবা মনিপুরী সাহিত্যগী পরীং, ইম্ফাল, ১৯৯২।

১১। শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, সভাপতিগী ভাষণ, মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ৪৮ শুবা মীফম, ১৯৮৩।

১২। য়ুম্নাম মহেন্দ্র সিংহ অমসুং নিংথৌজম বীরচন্দ্র, পাখংবগী হৌরকফম থিবা, ইম্ফাল, ১৯৮১।

১৩। ডা: নোংমাইথেম প্রমোদিনী দেবী, থৌৱান থাবা হিরান (অঙনবা মনিপুর ইতিহাসকী মচাক অমা), ককচিং, ২০০০।

১৪। Gangmumei Kabui, History of Manipur Vol. I, Pre-Colonial Period Imphal, 1989.

১৫। Ch. Manihar Singh, Naothingkhong Phambal Kaba, Imphal, 1983.

১৬। Dr. N. Pramodini Devi, Numit Kappa & Panthoibi Khongun, A study of socioeconomic and politico religious aspects of early Manipur, Kakching, 1988.

১৭। Manipur Historical Society, Proceedings of the Second Session of Manipur Historical Society Vol. I, Imphal, 1996.

১৮। Khaidem Sanajaoba Singh, Chainarol, Imphal, 1987.


